# নিপাদু
# ক
# না
# নো

অইবা
ঙ, সি, তোংব্রা



# নিপাদু কনানো

অইবা

জি, সি, তোংব্রা

মমল লুপা: ৩.৫০

# ৱামাঙ-খৱ

ৱারি অসি মমাংদৈদ ইনব কায়াৎ যাৎথ্রবনি । ইথোকপন কুইখিত্রি । ইডুকেসন ডিপার্টমেন্টন গ্রান্ট খর পিবিবদৈ হন্দক কোংব চমজন্নিবনি । ময়ম অদুন মণিপুর সরকারদ লয়ম তোম্লিজরে ।

সোভিয়েট রাসিয়াগী অফাওব এক্টর য়ুরি জাভের্টা অফাওব এক্টর ওইবদ করি করি মচাক চংবগে হংউবদ মান খুবখি ।

"Logic, Economy and Surprise"

ময়ম চাব থবক ভোব, অয়েঙ্গদ মতম, পাঙ্গল, ৱাহৈ, মীৎয়েং মাংহন্দব, অমদি ঙকহনব ।

মহাক্ন এক্টরগি মগুণ থাম্নিবসি ৱাইটরদসু অদুম হায়ব য়াই । অদুবু হায়বদি লায়, থবক ওইদ পাংবদদি যাম্ন লুই । মণিপুরদ এক্টরশিংন অয়েঙ্গদ ৱাহৈ, পাঙ্গল যাম্ন মাংহল্লি । লাইরিক ইবশিংসু অহেনব অয়েম্ব কয়া ইব হৈনখিদ্রুম চপ চাহনব য়াম্ন লুই ।

থাইদগি লুব অমন এক্টরন ভাবোকপু ঙকহনব অমদি ৱাইটরন অপাখবু ঙকহনব হায়বসিনি । অদুদুদ য়স হায়বসি ঐখোয়না কয়া থোশাদে । অদুবু এক্টর অমদি ৱাইটরগি মগুণ লেপ্লদ খাইদগি ফব চাংয়েং অমদি কয়া লুন নত্রগ ৱাংন মীবু কয়ম ঙকহনব ঙমগে ?

অঙকপন থম্নব তাইবংপান্দ অঙকপগি মঙাল উব ফংবমুক নুংঙাইব করি লৈকম থোকপগে ?

লীলা লেংব

# নিপাদ্রু কনানো ?

## ( ১ )

লাংবনথা মুংবিল পৃং ৪ য়োম তাবদ লক্কিপুর বয়াক তুরেল খোংবাল লাইশ্রম লোংলৈ কিয়োম ১ ওইগংব শেগ্রাক্ক য়েপ চৈগু মচা ১ য়েংন পায়, মোংলপ কৈজোম ফু'মং শূবব মল্লব শেৎ-লিং মীংব কায়হব নিপাগি শক্তম উৎ, ঈচেলদ হজংন য়েংই, মথুংন লাইবক্ক তুংশা খন, মিঙাংনা কম্লপ অমুক মহুম নিংশিংবস্থু মাপ্লি।

মো লৈঃ—মুংশিপ্রেদা বয়াক তু:রল, ঐখোয় মনিপুরদৈ ঈশিংনিদো নওন পুরকইবসে ! মুপী অঙাং মপান কুইম হুন্দোক পিরম্মব ইমুংগী পাউকাদি পুরক্ত্রাও ? মুম মুম য়ৈখোকপদ চহি ১৫/১৬ শুরে মচৈ মুম হনব ওযদব। ঐম লাইবক মুক মীয়িবসিবু কয়ি পাপনদো ? সুভাসচন্দ্র বোসকি আই, এম. এ লান্মীগী চাক খোংব য়াওরু মতম খয় মনিপুরদ লান্দাব য়াওরুবৈ শাপলাও ? (কিয়োম হা'দোক মচা মুপীগি ত্রিনি স্কুট, মচানিপাগি খে জ্রাও কুয়িৎ চহি ৭/৮ অমদি ১০/১১ —পুখোক (য়েংই) সিবু মখোয়নীদ চ'য়মথিত্রাও ? লান মহুং চহি ২০ য়োম শুক্রে, লৈত লৈত খোরূপে হায়হুন লৈবিরুব কিয়োল নখোয়দি ঐম চহি ৭/৮ য়ৈখোকইসি খুঙদবনিন খর চাউখংকে পাক-

খোকে হায়ড্রেনে। খওহে, লাইবক থীব লায়রব ঐগি
মীচং লৈখ হৌরদে। ( মপোৎ য়োমশিল্লি )

নিপামচা অহলহুবু লাইরিক শদম য়ৌরম্মদগে ?
মমান অমকনব ওএগত্র শেল চংলব মতমসিদ ! অঙ্গদি
লায়বু লায়রি মখোয় মমাঙুবু ঐ কল্লুকপ ওায়রমখিত্রা
নত্ৰগা লৈরমদব হায়ে থন —( লেপ্লগ ) মচাশিংগি য়েংহুন
—(লেপ্প)— মীচেন ঐন শাওরুবৈ মখো তাদে । (শল্লি)

ড্রাইভর ১ (খম্বৌ) (হুতুংদৈ লাকা:—তাববু ম'নিপুরদৈ মাল্লিদা,
—কব্রি চিন্তানো তৌবিরিবহুবে, ?

নোংলৈ:—(মপিশং লৈথোক) যৈতৈ লান তাব'সিদি ল'কৈফদা,
ওগ্নো'ক্স পুর্ক্লিংসি নৌখ্রেদা ইনাও । ইয়াম্বন অসাম
থেঙ্গলদ ইরাক্লুরকইবসি চহি ১৪/১৫ শুরে—ব্রহ্মদ চহি
২/৩ লান মগুংদ। ইচা অনী হ.ন্দাক্লম চহি ১৫/১৬
শুরে, উমীংবন খোগংলব ইয়াম প্রোক প্রোক চাক্লে।
শেল ১০০/২০০ দা পায়খিনব উপায় অমত্তদি ইনাওনা।
ধর্ম্মদি কায়দন।

ড্রাইভর:—আজকালসিদি তাধন ধর্ম্ম অধর্ম্ম থিক্লমনু থবক পাংব
শেল পায়ব অহুন অখোইব ধর্ম্মনি— নত্তে, হিংব
তাবন হায়ব।

নোং:— কম্বজাংদো ? হূব, লাকপৈ ভাবলা ?

ড্রাই:— অদোমদ নত্তে, ঐ তাকে তাধন, চাক লাবন উই—
হোটেলদ চংলুসি। বিনাকান্নিদ মনিপুরদৈ ঠিকাদার অম
কোল ঘর অম শারি— মিস্ত্রি অমদি লেবয় মশীং

য়াম্ন য়াৎলে। লুপা ২০০/৩০০ এদভান্স পীয়ু, মী লৌথো-কউগে হায়বগ মনিপুর থোকথো। অমুক হল্লকে হল্লক ৩ই থোৌমী পুরগ তাধনগি ধর্ম্ম।

নোং:— ঐ হল্লকনি, মশক অমুক্তং ইচাশিংছ্ উরগা ঐস্থ য়াওন থবক শূবনি। (চৎমিয়ৌ)

ত্রাই:— লুপা ২০ সি থবপা ওইনব পায়শিনবিয়্য।

নোং:— ইশ করিনো ইনাও। থেঙ্ক য়ু, থেঙ্ক য়ু।

ত্রাই:— মৈতৈব্ মৈতৈন অঙম্ব মতেং পীনব তাবনি। ঐ ত্রাই-ভবনি তনব ফংত্রি অদুন য়াম্ব ওবদে।

নোং:— য়াম্মনগ্রবনি ইনাও। মঙ্গল ওইয়ু, ঈশ্বরন থৌজাব-বিসনু। ইনাওগি কৃপাদৈ কুইন কান্নবম্মব সুপী অঙাং অমুক্তদি উমজরুগে, (থুরুম্বদ চিংথৎলগ পুথি)

(২)

ইম্ফাল কোলেজ রোড, অমুক পুং ৯।। দা মিসু (সুপীমচা) হাইবগ কেবগ বহি অম পারবগ লাইরিক তম কারি। মতুংদ, লথোদ তোম্ব ভায়রথদৈ ইন্ন ইকাইব থওদব। লাপ্লপ মবুং কৈবেন্ন থম্ব মোন্নপ তোম্ব লমতক য়াম্ন থেরন শেৎ-চা ইন্নবগ মতৌ য়েংই

তোম্ব:—ভাইথো মিসু, বারি শাদুন চৎসি।

মিসু:— ইতুং ইনবিসু বৈনদে অথোবা লৈবিহৌ।

তোম্ব :—নঙগিন্ন ঐগিন্ন ক'ম্নরব রাবি শকহেনবী ।

মিমু :—ঐহাক লাম্নরখিনি, অদুম্ন মীঙোন্দৈ কামনব মতেং খোইদোকপ পামজন্ত্রি, থেক য় । লৈবিহৌরো ।

তোম্ব :—মীঙোন্দৈ মতেং পামদবা। হা হা হা ..... ভাইবংপান্দ মতেং মীনদব, মী থমখো চ'উথংলব রুপ জাপান, আমে-রিকা কাওব লৈতে। ভারতগি লী'মানগি পোৎ থাদো-কখি লীবোন হৌদব কানাদা, আমেরিকাদ । অ'সামগি চা বিলাত্তা', য়ুরো'প্ত থা'ম্ন মখোয়গি মেচীনগি পোৎ এরোপ্লেন লৈ । থাও, ওক্ষব চাউথংলব লৈবাক কয়া আয়ব, ইরানগি মতেং লৌই । তেংহানবদ হৌনবনে লৈবাক লৈবাক —শেল লৈতব নঙগি কিরোল সাইকল, কোলেজ কা'ব অরৈব ঐঙোন্দৈ লৌ, শক কজব খোয়াংব ঐঙোন্দ শানো নঙগি থবালমানব মাইথোংত্র মুক্তিগি দর্শন পী.নী ।

মিমু :—লমজাউ শোডোক্ত লী'ল'গি ম ঙাং ঙাং ইকাইব পীমিমু । চহি মঙাং যাম্ন রাংলি, ঐ মীগি মতেং পা'মজদে, লৈবিহৌরো ।

তোম্ব :—অদু ওইরমন্ন— চিঠিসিমতগ লুপা ৫০ সিগ পায়সিনখো । চহি কয়'নো ঙায়পে— ।

মিমু :—মুংঙাইতে অদুম্ন তৌবিমু লম্বোদ, ঐহাক মীঙোন্দৈ চিঠি লৌজদে; শেল পামজদে।

তোম্ব:—(মম্নাংদ থং) তৌমু মিমু, নিংথিন মুংশিংনগি হায়রিঙৈদ

য়াম্লবদি, নঙ হয়েং অপুন্তাপ তৌরকপ যাই —: ঐনা নঙবু পাড়ীদ হাপকৎ ফারগ নচীন চুমত্রিকাওব থম্মবদি, নহাক মুংশিদব য়াদত্রুন মুংশিন্নকনি হৈ —। ঐ মীচম নত্তে, থুংকন পাঙ্গনব, মরীমত্তা লিংব শেঙ্গাউ পারবৈ মচানি —।

মিনু : (শাওরপ) : শোরারেলগি মচা ওইরবস্তু লুপ্র'বীগি মচা ঐন য়াদে হাবরিবসিনি। ঐবু খোন্দা থীহনবিমু তাদইবুং-
ঙে —। লাইরবী মুপীমচা ঐগিস্তু শেলন খোংহনব য়'দব লিংজেল য়াওরি। লমজাউদ ঐগ থংন চৈনব পাম্ভিব্রবদি তুংনম্ন লেমন লৈবি,হৌরো। ( মকি শেম্মি থংনগে থন )

তোম্ব : বা বা। লিংজেলদি, নঙব সত্য কৌদবৈ থবক লৈতে, নরিঙ্গ কম করগ হেন্ন পাম্মি। ( অরাপ্পদৈ কৈরেন লাওর কই লেমন )

কৈরে : কৈদৌনরে মুপীমচা ? কদায়দৈ হাযেংনো লমজাউদ মুপী-
মচাগ ব'ইজগে হাবজুন মচি ফেংইববো ? (চ'শিল্লকই)

মিনু : ত'চৌ লাক্লে, বা খোক্লরনি, চোপক্তনব চেঞ্জহৌরো।'
( চখংথি )
বরিম্মু নত্তে তাচৌ —।
( কৈরেন অমদি তো'ম্ব মমীংন শংত্রিক য়েংন তপ্প কপ্প মকশিন্ন, মমাইগ মমাইগ থেংনরপ তৌব ফাও।)

কৈরেন : লমজাউ শোড়োক্তা নচি ফেংইবু কম্নি মিং কৌই ?

তোম্ব : লমওক তোম্ব হায়বদ্রু ঐনি। ঐঙোন্দ উশিত্তন হংইব য়েংমকইব মঙদি কনানো? সুপীমচাতুগ করি থোক্লে?

কৈয়ে : হা হা হা ...... ঐপি ইবিং খঙনী'ব, খঙত্রিব—ঐপি খিং দি কৈয়েন (খৃত্তুম্ব থাবগ মাইৈ)

তোম্ব : (মথুৎন ঙাক্লগ) : সুপীমচাতুই মবুংলা নত্রগ হায় চাম্নত্রা?

কৈ :— মবুংনি ঐ। নথম্বাই মাংনীংক্লবদি লাক্লে হায়জো

তোম্ব : ঐবু লাক্লে হায়জো, ঐ শাবম নতে নহৈ—। নঙ থুং থোক্লব য়াম পামত্রাও? কয়ম্নো', মাগি মবুং ওইরবদি ঐ মঙবু হাংতি হাংনীংদে হৈ। অদুবু ঐঙোন্দ উশিত্তবে —(কাওয়কই—ঙাক্লে ওহাক মৈনৈ শুনৈ—নয়্রে।)

(লাপ্লগ চিত্রসেন এস,আই অমদি থম্বৌ কনষ্টেবল লাওরকই "উশিন্নদন হনগ্রসিরা" হায়্নে)

এস-আই : কনা কনানো লমজাউদ ফুনরিবা? পুলিশ লাক্লে তোক্লয়োনহৈ। হৈ, থম্বৌ চৎলু. নঙগী থামদোকউ।

(থম্বৌন মকি শেম্মি—২ দুম ফুনরি থোশাবিদে)

থম্বৌ:—পুলিশ লাক্লে ইনাওশ' নখোয়নীম নম্নরিবদ্রু তোক্লো। শায় থামদোকসি কদায় থামদোকসুসি কদায় কয়মো? (চৎশ-ল্লগ হায়্নে লাপ্লগ লৈ)

এস.আই: থংনব থাম্নসি তোমবুদি দশা কংত্রগ থাং তেন চায় হায়নরিবনি। তৌইগুরম্নুং থামত্রগন্ন ঐখোয়ম থানাগ ওইয়ে লৈথাক্ল ঐখোয়বু পাংদে, কৌব তাদে, মথৌ তৌদে হায়নদৌরি। লাও, থামদবদি মাদে, তপ্লগ তপ্লগ চৎসি।

( কোইম ভপ্ন চংই )

থম্বোঃ—খ্বাইদৈ কবদি শার, উপিন্নদন লাপ্ন চৎপ্রসে।

এস-আইঃ হেরা অদুমকম্ন হাকমল্লি। ( থাম্মি )

( অমীচু অমন অমুক মথক থংই, অমন মুক)

থম্বোঃ—শার, অমীসি অমন অমুক মথক থংই, অমন মুক—ক্সুরিবদি কনান মথক থংলিবৈদ থামদোকভগে। মথা থংবন হয়াওরগ মথক থংবদু শাওদোরি।

এস আইঃচুম্মিনে মতুম মথক থংবৈ এভান্টেজ ( খুদোং চাব) মাংজদোরি। অদুদি অমীসিন চেপ্ন ভাব কান্দ কাদোকসি লাও। (ভায়দুন লৈ।

( ভহাক মেংলগ চেপ্ন ভাবকান্দ থামদোকই )

থম্বোঃ-ইনাওশা মখোয়মী খানা মোব পাব্রাও?

তোম্বঃ—ভাব ভাব্রাও? নপাজল মাওদন অকম অথৌ শামীং গনু।

কৈরেঃ—নপ জল কদুম কৈদৌদগে নম্বিংজেলদি মাওদন।

তোম্বঃ—ভুংদ হয়েং নিংওম্লকব মাই হায়দুন ঐন চায়ন তৌবিদবনে। নওদি কাষ্ট মাউত নোক আউট—

কৈরেঃ—নওগুম লম্বীদ মুপীমচা ছাত্রী লক্লব মচৎভুদি অউব খুদিংগি হুদি, মতুং মনাও থক তৌজন। ওদিদি মা অভৈম্ন লৈরে। কোম অমুক উন্নসি।

এস-আইঃ অদোম্বু ছাত্রী লক্লব্রাও ?

তোম্বঃ—লক্লব মতে, মখোওন চৎপ মাব উম্নুন একাগাড়ী লৈবিগে

হায়বদা মবুং ওইরমানে অঙাওবসিন থংনব হৌযরকপনি।

কৈরেং:—ওইদব ঙাংমু মহৈ, খরাইব ফিরোল থর শেংলপ।

তোম্বঃ—খরাইব ফিরোল—হা হা হা.........ইপান ভলব কয়া চাং, থুঙ্গান করি কারবার তৌরি, ইমান লুপা লাখ কয়াগি ইন্দষ্ট্রি লিংখৎলি? শীঙোন্দ হংও লমওক তোম্ব হায়বগু ঐনে।

কৈঃ— নয়লদি য়াওদেদন খাইব নত্রাও লমজাউদ য়োমিঙ শাবাও কুইব য়ারোই নুং চানি।

(পুলিস ১ না অমমম থাদোকই।

(লৈবাক্লৈ খোংতক শেং ইমফি ইন চেল্লক্লৈ।

লৈবাক্লৈঃ কম্নিনো কম্নিনো কনাপ থংনরিবমো নিপা মচা। নহাক কনা লৈত্রবব লায়রবক মী থংনরু রব কম্নিগিনো? ইবুংঙো-শিং ক ফিরনু-নিপামচাসি পুন্নথ্রগে?

এস আঃ পুবিগ্রো ইমা, পুবিগ্রো কাব নত্তে। থামদোক্লম্মিবনি। (তোম্বদ) ইবুংঙোম্ব হল্লো, লমজাউদ ফজদে, মতমসি য়াম্ব ফত্রোকো।

(চংনখি)

বৈরেঃ—(মমাদ) থাদোকউ ইমা, ঐ কৈরু চংলোই। কম্নিদবে। ইমান অদুক নখরাইপিক্ক হি লিবগো? ইপা লৈতসমু, লায়রসমু, মবুক থনব মশা কনব শারমচং চংপশিংম নচা অশোনববু লাকচব থক গারোই। কম্নিগনো অদুক মুংশা থান চেল্লকইবগো। লমওক তোম্ব হায়ব ওঙা

মপা ইনাক থর থুরগ লমজাওদবে চৎপ মী ঙৈদে হংলিবনে। কনাম ফুমিংলোইদগে ?

লৈমাঃ—ইচাবু নকি-মরোল যোৎলি হায়দুনা মহাক্ক লৈগে হায়রক-প্রাও ?

কৈরেঃ—ঐথোয় মুপীমচান লাইরিক ভত্ত কাবদ নতুং ইয়রগ লক্কব উই লাপ্লপ, অদুদৈ থৎনরিবনি।

লৈব.ঃ—মতমসি নিপামচা অচুম অরাল ধর্ম অধর্ম শেলন লৈব গাবে বৈদেন কারণ। লাইবক থীব ঐথোয়ন থৎনব য়াদে। ওস্মিথৈ থাংব ভাবদ্রি—চহি মন য়াম্মে—মচ বাজিছু চিঠি অম ফাওব

( চৎথিরম্খি )

কৈঃ— বাজিগি য়াদি থল্লু রম্মু— শিত্রপোৎনি। ঐদি মশকপু কাউরেনে।

লৈঃ— নঙন চহি ৬ গুরবকান্দ—( কপখি লোম্ন )

(৩)

মোংটৈ, খাকি খোঙ্গাও হাফ-পেণ্ট অমমব হায়রপ শেগাইরব অম শেংলব মশক খঙদনব শোংকি কেণ্ মত্রগ থুদৈ অমমব অমন মখাই থর খুমজিন মাংলি পোৎয়োমদুদি অভুম য়েণ, কেপ্লগ, ওয় থাইরবব ঝাজায় ম্নেংই হামটৈ থেয়মন।

নোংথৈনঃ—করিনো চহি ১৪/১৫ গি মমাংদ মনিপুর সিদি মতাম
ওইনা ওন্থোক্লম্মে। কৈশাম্পাৎতে থাইরবন্দ তাব লম্বী-
সি ইচিক চিক্রখ্রি হুজিক্তি মীন ক্রিক-ক্রিক ইম্ম মোকায়
মশীং য়াম্লিব ফজরিব। মমিংনা পাওনা য়োক্ত। ঐন
থবক অমত্তং থাম্মগদবসি করম্মতৌসিবা—বাকমু বান,
ইশক লোংলগ লেন থম্ম য়াম্ম নোংমদ থোকদগসি
রিকশা থৌব তাম্ম।

ইবুংঙো, বামত হংজগে? (লম্বীদ ওক্লে)

নিপা ১: করি তাফপিগদবা?

নোংথৈনঃ ইবুংঙোবু রিকশা লেপ্পিবগুইম তৌবদাম্ম। ঐবু কনবৌম্মগ
রিকশা অমত্ত থৌব ফংদগে!

নিপা ১: চহিবু য়াম্ম উরে। রিকশা থৌবদি য়াইদা। মী ফংনদগুন
হুজিকসিদি মুংদাংদ লেপ পীবিত্রে নত্রগ মুপকৌরে হায়গুন
থংনববু য়াম্ম তায়দা।

নোংথৈনঃ য়াসমু ইনাও, লেপ তানবদি বাব তাম্ম। ঐমু লিংজেলম
থৌদোক্লিবমি। লেপ য়াম্ম থোকপ পাম্লবদি থুদোংথীব
থম্ম থেংনদব য়াত্রদো।

নিপা ১: তাথনবু হুজিক কদায়দ লৈরিবগে?

নোং: হুজিক্তি ঐ উরিবোক মচিন অম্যাইদা। মীসি হোটেনদ
নপ্লোই তাংবোই লৈজে। লাম মমাংদ মনিপুর থাদোক
জাপানগি মতুং ইন চংলুরে। চহি ১৫/১৬ শুরে মনিপুর
থাদোক্লগা, য়ুম কৈ কাংথোং চায়মম্মে। থওন চায়ন-ইরৈ

লৈরমদ্রে। ইবৈবাক্ত লৈকৈ মীপৌ ওইবে ইমাম। ইনাওন জাদিন ওইবি, য়িকশো অমত্তং থোব ফংহনবিরবদি ইমাম্ব ক উজবোই, ভা লৈজগে।

নিপা ১ : হায় দাদাবু কদায় বাইদা লৈবিরম্বগে—ইম্ফালদা নত্রগা করম্ব থুঙ্গ'দ' ?

নোং : ইমাম্ব চঙাংবৈগ থালোম অদু বাইদ লৈজরম্মি, হুমানং িস্থীব মী নচ্চাদ, য়ুমদ চংব ইকাইর্বে, শেল পায়দবনিগ পোং চৈ লৈনব শেল থর তাম্লগ-কেম মুপী অঙাং থিক্লগে তৌবনি। স্তুক কুইন য়ুম থাদোক মাংলুরগ নিপানবু ইশাঙাক্ত কোগোপ করম য়ুমদ চদগে থদ ইশক থঙহন্দ্র লেম লোম্ব য়িকশো থো শেল ত'নগে তৌবনি।

নিপাঃ—ঐ ক্যাবৈদেন মথাদ লৈজৈ। চাক চাব কুম্মিবনি। হোয়েল মুংদাংবাই মহাজনগ উম্মসি ঐ ঙাংনবিগে মানব। তুঃ থাদ লৈরিবা কারবনাসি ঐগিনি অসিদ লাকপিয়ু।

নোংঃ—মাম্ব মুংঙাইজরে ইবুংঙো কাঙবিমুকো ইদাও, ঐহাক লাইবক থর থীরহুন তৌবনি।

(নিপাহ্ন চৎখ্রে, হঙ্গৎ হন্না চৎলৈ,

মুপীমচা মিমুম্ব এক্সরসাইজবুক অম প্যায় নম্বোলবস ঙাম্বরি।

নোংঃ—ইবেম্ব নঙবু স্কুল কারুত্র ? কনা ঙাইরিবগে ?

মিমুঃ—কোলেজ কাজরবনি, নম্বোলগি বস ঙামরিং)

মোং:—মুমদি মখোনদ নৈবা ?

বিমু:—চঙাংঙৈদ নৈঙ্কে।

মোং:—চঙাংঙৈ। কয়ুম্মো ? ঙনান পোকপনো ইচাবো ?
পংহদ হংই হায়রুন শাওমু, ঐমু নংঙুপী ইচানুপী
মনেমদি চাউব হেনব তায়, ইস কুইরে, মুংশিদা।

বিমু:—লাইশ্রম মচানি।

মোং:—লাইশ্রম বাজিদি নৈরিব্রা ? করি মিং কৌই ?

বিমু:—বাজিদি নৈত্রে, লান মমুংদ ভাপাম কাপি হায়রৈ। মস
লাক্লে, ঐ চৎলগে।

(চেন্দুন চৎখি। মুম লেংহৌই)

মোং:—লাইশ্রম মচা, ঙোংপৈদ্রে। ঐগি ইচা ওইরমত্রনে মিশে।
(পোংথোমদৈদ ক্রট লোথোক লেংই) থমদি চাউমল্লি
হুজিকিদু ইচানপি ওইরম্মোই। (চৎখিহদৈ শোন)
অঙাংদু চহি ১/২ শুহৌরমানে, মবুংনা ৬/৭, মবুংনদি
ঐগি শকসি থঙব য়াই।

(মকোক লেৎসিন চৎখি)

(মথুৎথেক চহি পারপ) হৈ, চহি ১৭/১৮ শুরে, ইচা-
নুপী ওইরম্মু য়ারিমদৈ। হরে হরে। মকিময়োলদু
মমান থোনবদি ওইরম্মোই। ঐগি ইহুং মপা শাব
অবদি নৈরব তায়। অদুন ঐ পাক চংব য়াদে মুমদ।
(চৎখি)

# ( ৪ )

অয়ুক পূং ১০ য়োম ডাবদ, টুলিহল এয়ারপোর্টতগি থোরকপ লৌ টিঙিয়ৱোঙকা ওক্রবদ ইনাকথুনবু ধর্ম্মসিং স্নুট শেৎলি, স্নুটকেস অমা পায়রি। কায়বায় অচৌব ভোব নিপানি, বৃন্দাবন চৎলুই লমকোইরুই মাপি মুপী কেথ থেৎ চায়বি গোমতীনা এয়ারবেগ অমগা ভি, আই, পি বেগ অমগ পায়-ওকপ লাকপনি। গাড়ী ডায়ছুন য়াম্মী শান্নি।

ধর্ম্ম : গাড়ীদি? কদায়দ থাগ্রিবনো।

গোমতী : থাও থৱা হাপহনথি— মহান্দ কন য়াম্মা হাপথিবনি, ভীপসিদি থাও য়াম চায়, ড্রাইভরনশু থৱ-থৱ- থকমাঙেদা থৌয়াংলবকান্দ।

ধর্ম্ম : কায়ছুবু য়ং ভোব লোইত্রিবাও? কৈদৌটৈ পীনি হায়গে?

গোমতী : হংচিৎ মশেমকা পীরগে হায়রোই। অছুনদি ঙসিদৈ ১০ নীমুক মপুংদ পীরব য়াই—। সেকেণ্ড হেন্দ কায় কো-য়েন মেক, কন্দিসন করিব অমন্ত য়েংলকপ য়াত্রাও?

ধর্ম্ম : হন্দকমুক ইয়ানী চৎমিন্নরগ লৈরুনি, ঐ ইথন্দন পাস্মে লৈয়কপছু নওন পাযদে হায়রগ অমুক য়োম্লীংলরুনি হায়ছুন লৈয়ক্কবনি। থরবুদি উরকই, পাম্ফাংতব মযলন য়াম্বগ।

গোমতী : ঙসি ২০ নি ওয়েদো লংকৈদা কোয়রিরুবা ১০ লিদ লেংগনি তাকপিয়ৱছুন—। তন্নানিমূকসি ঐন ঙাইথনি

করি হায়রি কুমসি মনিপুরদা মোঙ্গৌবিন নোং তাইবগুব।

ধর্ম্ম: অদুবু তসি, নোং ঐ থুংলরে, কংলব লৌবুক লমহাং মহৈ মবোং পাময় ঈশিং বাংহন্নরোই—। ঐগী থবক যাদত্রব— ভৌবনি, যুম থাদোক্লম অচৌব সয়ং কয়াগি হোটেন্নদ অহিং লেকপসিদি ওস্তোক্ল চীকৎ্রে।

গোমতী: অহিং তুম্ব শংদন খেত্রুন লাংত্রবদ নৈব মকম, য়াম নৈ হায়নৈদা—।

ধর্ম্ম: মভুংদদি নওয় ঐগী পূম পূম বৃন্দাবন চৎবিয়ব তায়—। তায়মথৈ তায়রগ মতম থোইনত্রুন লাক্তবসি—মনিপুরগি মী থম তিন্নবৈ মিটিংম সাক্ষী, সত্য থোইদো শাওপংনগ্র· পোংনি। মত্তে, মনিপুরদ ঘট্টি শিনবিবসি মতম চাম থবক ভৌমব নত্তে থুদাংদ থুজি শুষ নৈত্তেং অম হাপ্পবগি ভাবনি॥

গোমতী: মুমিৎ ১০ নীদং ঐন যশোদা মপারি ইবুংঙোবু তাইংদ অম্বক বাবদ লাইশ্রেম ওংবী চন্দ্রাবলী হায়ত্র নত্তে. নৈবাক্লেন মখোয়গি শ্যাম কাহুই মোংনৈনুংশিংতু হাকুব লাকত্রা মরাক্তে, কুগসি লাকত্রা ময়াক্তে হায়ত্রুন চবি কয়া, ১৪/১৫ বু শুরত্র। তাইত্রুন নৈরকইবসি কয়াম বায়মগনি? ঐদি ৎনবদ মম্মি· / মখোয়গিবু কম্মিমত নৈ- বিরক্তাও?

ধর্ম্ম— মখোয়গি হায়দি?

গোমতী: চন্দ্রাবলী শাবিখোয়গি—?

ধর্ম্ম: হৈ গোমতী, চন্দ্রাবলী হায়মু, নবুক্লিংদ নৈকাং হুৎনগমু-

মী অকৈনা তাপ্রগ মথৌ লৈতবশিংন য়াম্মী শাকম ওইখিনি—॥ লৈয়াকই মখোয়না করি করিনো কন য়াম্মী হুজিক থিনবিরুদৌবিনি।

গোমতী: নংকৈদৈ হেক থুংলবগ থৌরাংইব য়ুম ঐখোয়দ কাওব চংদন, চন্দ্রাবলী খোয়দ হায়, ইহে, হায়দু হায়রবনন্তদ লৈবাকলৈ খোয়দন হায় য়ৌবিনিংলিবর, ন·কৈদ য়ুম য়ৌ-নিংবৈ মথৌরাংদুবু অসোমনি কাশীর ঐখোয়রোম পুকয়-রাও ?

ধর্ম্ম:—ঐ হুজিক অকংব বস গাড়ী অমদ তোংলগ বিষ্ণুপুর গৌরুব তায়, অরুব অনাবৈ পাউ অগ চেল্লকই, কলি-কাতাদ নাহৌব ভেলোয়দা লাইয়েংলুব তাবব মতম য়াংহন্দন। বিষ্ণুপুরদৈ অকংব বসন কায়ক চংঙাগৈদ ওহাক কুমথরগ অঙাংশিংগি মপোৎমচৈ থাদবিরম অচুগ য়ুংদ হল্লকনি মুংদাংগি চাক হপ্লমউ।

গোমতী: অচুদি ওাইব বাদনব সিনেবা শো অনী য়েংউরব, পুং ৭॥ দা হল্লক্রগ চাক খোংলবদি কোং কোং শান পুং ৯ দা থিদোকপদ চঙা গৈ চন্দ্রাকুঞ্জদগি হল্লকপগ চপ চানবি।

ধর্ম্ম:— কবুক কণ্ডব তৌমু গোমতী, য়াম দুংশিন্দব মরুপ্সি মোংলৈ হায়ব ঐগি মরূপ লৈবাকলৈ মতৈম্নু। মরাইবক থীব হায়গত্রা জাপানগি লাম্দ মাংখিবনি। মাগি লৈতম হুজিক কদায়দনো। মুপী অঙাং য়াম হুন্নেন্নবদো ঐন থঙন থঙন উতিয়দব তাশিয়দব মরূপ অমগি লৌচৎ

নত্তে। অমুক কুইবসি ঐন অঙথ মতোং পীরকই। মচা-
শিংনা মহৈরশীং তম লোইজ মবুক থমম থবক অমমমদং
পামজক্রিকাওবদি ঐন হোৎনবিগে থল্লুরে। অহুনবি'
নঙন অমেমদ ঐখু চিংনখ্রিবহু। পূকচেল থম চাউব
ভবুসি গোমতী। তাইবং মী হায়বসি ভুংদ করি ওইরমগে
থঙনপোৎ নত্তে।

গোমতী : পূকচেল চাউবদি ঐন হেম্ন পামজখ্রিবনে, ঐদি নহাম্ন
হায়জক্রাও মথোয় মমা মচাহু কাকৈথেন্দ থমসি, ঐথোয়
সজোইদ লৈবন্সি, ভবাক লৈতম চঙাংগৈদ চৎপ তমবিক্রা
হায়জবহুনি। বস লাকলে অহুদি লেংঙ-আদ লাকইবসিহু
ঐথোয় জীও্ - ওইরিনি। বাই বাই—!

ধর্ম : (এয়াব বেগ + ভি আইপি বেগ পায়রগ) বাই বাই।

## (৫)

কৈজোম খিৎভং ভৌমব লেৎ নোংলৈন কিয়োম য়েপ অ্যামোক অমুব
উপ মকোক্ত কমকোর্টয় অমনব অমন শক থঙদনব হায়মপ য়েপশিন,
চৈশুমচা অম পায় চঙাংডৈ চৎনব বস ভায়মি। হজৎ হন্সা চৎ য়াথল ভৌই।

নোংলৈ:—কম্রিগিনো ঙসি ঐন, মিকশোহু টাইমায় য়াদহুন
অনাশঙদ কুনব মুমিত্ত, মুপী অঙাং য়াম উনীংলকইব।
নত্তে, থৎউ উনীংলকইব মচিং অম কাংলকইসি থাইনা
পাথঙ ওইরিডৈগি মচিংহুমা, নোহাংথা চৎলক শমৎকি
থাবলম অহুডৈগি পাথঙহু ওইরবোই নিংহুম চহি ৪৫

ঐবু হৌরকইব ঙাংল? বস তোং চৎপদ চঙাংগৈগী ঙহাক-তদ য়ৌনিদো, মৌরপ ঐবু য়ুমদ চংব ঙমগদ্রা? ঙম-দ্রবস্থ মপক মপক্তু চহি ১৬ শুরে লোম অমুক্তংদি উনীংইদন। য়ুম্বান কৈবানস্থু কয়ম কয়ম তৌরিদগে থংনীংই, সিবু হৌনদ্রবে?

চৎলিবসি মখোলগী বস মাল্লি,
অমুক্ত ঙাইবিখো, ঐ শরু মাওজগে,
( ভাম্রচূন চৎখি )

(৬)

ফুংদাং পুং ৮ লোম তারে। চঙাংগৈগী লৈব মথা শঙ্গোই, লৈবাকলৈ মমা মচাশিংগী য়ুমদনি। লালটেন অম থান মেজ মচা অমদ মুপী মচা মিগ্ম লাইরিক ঔবাইরি চৌকি মচা অমদ ফম।

মমান ঙাওকোক্তগী চেং নত্রপ হবাই মরক্ত য়াওব ফুংমচা, ৱাই, উচি-মথীগুম্ব- মল্লি, খন্দোকই। মমা মচাদু ফুংদাংগী চাক, চারে, মচা শিপা কৈরেন্দি হম্লক্লি।

মিস্তুঃ— ইমা, নচা নিপাসি খরু ৱারক্ত্ৰ দি য়ারম্রোই। মীন হায়নরিব মহৌশাদি থক্রমদে, অক্তবু মরক মরক্ত হুক্তিক্ত তাচৌম্ব মীন পীথক্লগ থক্লে হায়বনি। নহানসু মোংম মনম খরু য়াওরগ য়ুমদ চংলকপনি। থকপু-থক্লবদি থংন চৈন য়াম্ব তৌরক্লনি। লৈত লায়রগি মথক্ত মীৱা তাব হায়ব অমম্ব—

লৈবাকলৈঃ- মমাম্রব অয়াম্ব থকপ লোইন হৈনরবনিন মহাকম্ভ থকপ

থৌরবোইরেসে। ঙাইখো, নাখোয়গি কোলেজগি ছাত্রী মমাম কনাবনো কোয়ব চৎকনি হায়বদু মী অমন লুপা কয়া কয়া থায়নি হায়বগে ?

মিনু:— লুপা ১০০/১০০ য়োম থায়নি হায়গুম তৌই। শেল য়াম্মল্লি, ঐখোয় লায়রবিন চৎ য়াপেৎলবত্তে। সুংবুদ য়াম্ন সুংঙাইরুবৌব জাৎনি, লম অনৌব মী জাৎ জাৎ থাইনদগি মমিং তারকপ উবদি কংগ্রিব লাইশঙ মণ্ডপ, ফুরা মলাল, টীং তুরেল সহর অচৌব......

লৈবা:—পরীক্ষাদ কায়নি হায়রাও ?

মিনু:— লম চৎলগ থগুব উব হেঙ্গৎতুনা শিংগৎলি, ইতিহাস ভূগো-লদসু কারৈ।

লৈবা:—পাবুংদ থর হায়নদুনা য়েংউ, বৃন্দাবন চৎখিবদু থোরক্লনি হায়বনি।

মিনু:— পাবুংন ঐখে বু সুক লুন তৌবিরিবসি করিগিনো ইমা ? ঐখোয়গ করি মরী থোক্লবাগে ?

( কোক্কগি উকুল রাইফুল কাম্থোক ধর্ম্মসিং লাকই, মখুৎত এয়ার বেগ অমদি ভি, আই, পি ত্রিফ-কেশ পাগয়কই নাম নাম। )

লৈবাকলৈ:থোইদোকপ মরীদি থোক্লদে, অদুবু মরীদৈ হেম লুন তৌবিরি, মমাংদৈদ নখোয় বাজিগ চায়রব মরূপ ওইরম্মি, মরূপক মরূপক অসুক লুন তৌনব য়াই হায়বদু ঐসু হন্দক্ত থগুই।

র্ম্ম: –( মপাদৈ ): মুপী মচা ! নখোয়বু ঙুম্মবা শুক ওম ? খোঙ হাংলোকউ, ঐ বৃন্দাবনদৈ থু লরে, নংগি করি করি লৈরক্লে।

মনু:— প বুংনিনে ইমা। ( খোঙ হাডিঙ, মমান চৌকি থায় )

লেব:— চৌকিদ লেংশিনবিয়ু। ঙসিদ থুংবিরম্রা

র্ম্ম:— ঐ যুমদকা চংউদে, লমীদদি মুপীগ উমরকই—বিষ্ণুপুদ পাউ অরুব অনাবগি অম চেল্লকুন চৎলুরে। হুজিক্ত থুংলরিসিনি। য়েংউ মুপীমচা, নঙগি শারী ১, নবুংগি খোজাও তুনব কি অমগ, নমাগি ফুরিৎফি অমগ য়াওরিবনি। ( এয়ার বেগতাগি কৌখোক্লগ পী পামন য়েংনৈ হয়াওনৈ

লব: শেল য়াম্মেমথৈ অকবঙাক খন।

র্ম্ম:—কৈক্ষু য়ামদেদা। গৌহাটি কলিকটা, লক্ষ্মৌ, দিল্লী মথুরা বৃন্দাবন ফন য়াম্ম চৌরক্লে হন্দক্ত। মুপীমচাগি মপা, ইভাও মানব কনাগুম য়াওব্রা হায়দুন হেক য়েংবসি, মীৎ কম লাওন পাং য়েংই, মানব কাও উরক্ত। খঙব্রে, কদায়দ লৈরিদগে।

ল:— খঙদে, ভাওব্রা কৈফব্রা নব্রগ লৈবিব্রবা করিনো মঙকা গুমদে। অঙাংশিংবু শেন্বিবদ তিংবিব্রিব শেলসি কনদি য়াম্মরিনি।

মনু:— ঐখোয়গিদমক শেল পাম্মুব খঙদন পংপীদ পীবিবসিদ ঐদি ওক্লহুন ইয়াদ হংলবনে।

## নিপাদু কনানে.—২০

মতাং সুরাই মশক লোৎপ মাগি ফিযোমচু পায় মনিল নাইহৌজম খুনৌং কাং তপ্প তপ্প য়েন্নখাদ লেপই, মীহুৎ নত্রগ ফক্লাং অংেোবদ ইমুংদ তৌরিবত্র য়েংই, শারিব যারীচ্চ তানবকন্ন লাক্লরি, হয়াওন য়েংই মমীৎতৈ মপিস্থ তায় মতাং মতাংদ তাবোক্ত মমায় মমীৎ উইহল্লি।

খিমুঃ— করিগীনো পাবুংম ঐখোয়দ অন্নুক চানবিরিবা ? মরূপ হায়বদি চুজিক কাদদ চা কপ অম থকখিন্নব, ক্বা মতপ অম চাখিন্নবদৈ হেন্দ্রে অদুগ ......

ধর্ম্ম:— চুম্মি মতমসিগি নহায়োল মংখোয়দি ওক্লনি, মতম পুম্নমক মায়দে, শাজৎ শীচৎস্থ স্থম স্থম থ ইনগ চুজিক্কা য়াম্ম খেনয়ে। চাকহোং তাহোংব. হবা মুংশিৎ ফব, নিংথৌ পাংস্ব লৈবাক্লিন হিংব পংবা য়ানয়মদে, বৈষ্ণব ধর্ম্মন মরু ওইমগ চৎসিল্লে. অচুমদি খিৎতন পেনব হৈনচুন য়ুম্বন কয়া চাদবশিংফাওব হয়াও তয়াম লৈথেক্লব পেনব ওম্মরম্মি।

লৈবাক্লে: লান মতু দৈদি মীসি য়াম্ম ফৎনদরে, পোৎতাংথ হিংব য়াব, মীগ মীগ মুংশিব থওনদব লায়য়বা ইনাক খুনবগস্থ মহৌশাগ মামদন য়াম্ম শাখীন খেনয়ে।

ধর্ম্ম:— য়েন শুনবদস্থ খাং তেন নোংমৈ কয়া পায়নরমদে, কনব হৈব তানচুন ওহাক ফুমরবস্থ চুজিক্তালগুম হিংচানদে। চহি ৩০ মিফুগি মমাংদ নিপা অনীংক লৈরম্মি লাইরিক তম্মিয়খি, য়াম্ম চাম হিম্নদ মরূপনি, অমন খগ্ন নংই,

অমডুম ময়াইবক খর কব হেল্লি অহল লমনগি মতেংন। মথোয়নীসি পাখণ্ড কারকপ কান্দ মশক মতো হায়রপ কজবী মবুক তল্লি অমদ তোঙান তোঙান খণ্ডনদন মতম খর কোইথি।

লৈ:— (ইকাইরপ): মুপীন্থ মশক থোইন কজদে।

মিমু: —নিপা অমাহুদি কজরম্মি, মথাদি পাবুং? থাইনৈ বারীনিকো

ধর্ম: মুপীমচা থাইনৈ বারীনি। হুজিকাদদি ছাত্র ছাত্রী-পাখণ্ড লৈশাবীসি হৌনরগ দোকান্দ অমুক্তং কা মোজা-ফুরিৎ লৈমিয়রুরব খণ্ডন চায়রবনি হায়হুন অমুক্তংগ সিনেনা য়েংমিয়রুরদি হল্লকপদ চেল্লসি হায়ব য়ানরে—

মিমু: ওক্তব ওক্তবি খরদনিদা পাবুং—ঐখোয় য়াওদে।

ধর্ম: খুনিংমকপু নত্তে. প্রমাননি—।

লৈবা: থৈজোম ফিবুম অনী মমবফাওব থাইনদি কোইনৈ। (হিদাক ডাস্থক ১ শৈরেগ লানশীল্লি)

মিমু: থাইনৈ হিদাক্কা ইমা? চা লোম্রুম্ব য়ারেকো পাবুং—!

ধর্ম: মুপীন্থ মবুক লুখ্রে, ইনাক খর থুনবহুন কি য়োল ফিডুপ অয়পুর লৈরগ পীবসি লো য়াদে, খন্ন লায়রবহুন লৈরকপদি কমাল ওইরবন্থ লৌব্রা কারনো খণ্ডদে,

মিমু: মীচং মীথায় নাইবোরে মুপীদো? লায়রবহুন মশক খর কজব হেমব্রা?

ধর্ম: মহাক্ন খর য়াশি লৈব হায়গন্না, নিপা থোকপ হানব হায়-গন্না,। হুজিক কান্দদি নিপান মুপীগি মতো মায়ব

কেয়গ সুপীন পাম্নেদনা, থাইনদি সুপীন পাম্মিবসি নিপাবুনি।

মি : সুপীন্থ পাবুং থর লায়রবগুবুন বেন সুংশিরেনে ?

লৈ হৈ—, সুংশিদে চপ মাম্নৈ অনীবক। পুকমুংদ লৈব যা থঙনপোৎ নত্তে য়ামন কুইন। কৈজোম সমব কাওব কোইনৈ হায়রিবসি অমগ অমগ শকচু, শাজৎ লৌচৎ— পূক্লিং থংঙোই থঙনবদ ভপ্পনি।

ধর্ম্ম সিনেমা কয়া য়েংনদবনিন য়ায়ী কুইন শামব কংপোৎ নত্তে। মাঙ্গোল মচি মচিন ভুমিন ভুমিন অমমদ কৈনৈ অনীহ্ন। করিগুমদ মতম মায়ন কম্মুব য়াওই, মোংমদি অনীহ্ন চুরুট থক্লিংজুন মৈবেৎ য়াওবিবিনত্র হংমবদৈ মোন থঙমজুনা শকমু থঙনবে নঙ্ক কম্মিয়রে—।

মিমু মরূপ অনীহ্ন থঙনরে—? ( লৈমাক্লে-নোক্কেৎ ) মথায়নী করি হায়নৈ পাবুং-?

ধর্ম্ম ইতাও নঙ কয়া কুইরে মাঙ্গোলসিদ লোম লোম কুমক- ইবা ? কুইরে, নওদি ইতাও ? ঐসু কন কুইরে — ঃ মঙোল্দ হংলগ কনান হানবগে থঙনসিরাও ? অহানবন দরথাক পায় কমযোব, অথেঙবজুন দরথাস্ত থাবমদন হনগ্রবা।

মিমু : সুপীন্থদ হংবদ কনান হান্নি হায়থি পাবুং—?

লৈ : মানভম থঙত্রবজাৎনি, লম্বীদ উনখিব, কুম্মৈ কিয়োংদ যেংনখিব—, মাঙ্গোল্দ কম্মব কনান হানবগে হায়ভম থঙত্রব জাৎনি। তাইবং মী হায়সি মীৎক মীৎক চানরুবদগি দরথাস্ত থাবনি থমব য়াওইদো।

মিস্নুঃ— মচুদৈ মথাদি পাবুং ;

ধর্ম্মঃ – থাইনৈ বারীচবু নত্রাও ?

মিস্নুঃ – হোয় ।

ধর্ম্মঃ— থর লায়রবা নিপাদুন হায়রে : ইতাও, নঙদি অহল লমন ইনাকখুল্লি, নথক লতোম্ব বাংলে অতে লৈশাবী ফজরবি মনিপুরগী থায় লৈ, সিনদি ঐগি ওইজখোরগে হায়রে ।

মিস্নুঃ— অমচুন কায় থুমখি ?

ধর্ম্মঃ – ওহাক বাথল তোরগ, করে ইতাও, নঙগি ওইরো, মানম্ব নঙবুন থম হেম লুপতোব উই হায়দুন—

লৈব :– নত্তে কৈম্ব, শুন তোবদি চপ মাঝৈ হায়, বারী অচুখদি ।

মিস্নুঃ—অচুই মথাদি পাবুং ?

ধর্ম্মঃ—থর লৈরগ মখোয়নী মায়দুন মুপীদু চেল্লগ লাররবদুন লোৎত্রে। ইনাক খুনব মচাদুন অঙম মত্তেং লু হোংখোং-দোংবদ পীরে। থম লৈরগ অমুক ইনাকখুনব মচাদু মচা পোক্লোইদবী মুপী অম লৌরুরে। লাব মমুংদ নিপাদু জাপাম্ম কাগ্রে, মঙ্গপু মুপা অঙাংদু থম য়েংশিনবিরম্মু হায়রম্মি। হায়নখিব জবান ভাকপগিনি ওসি ঐন নখোয়-বু মুকন্নুন তোরিবা।

( নোংটৈল চংওক্লুন তাৱৈ )

মিস্নুঃ— পাবুং লুক হাওসি চাক খোংমুরগে, য়েঙ্গাংদি হাওনি থাজদে ।

ধর্ম্মঃ – হৈ ঐ ওসিদি চাক চাব য়াদে, পুংতম্ব অম থানরম্মি

যুবদা। ঐ হল্লগে ?

নৈবাঃ—ঐখোয়গি চাক য়েঙ্গাং কদায়দৈ হাব য়াগবনো।

ধর্ম্মঃ—হৈ, অদুগি নত্তে।

নৈঃ— ঐখোয় কোম্ঠোং চংভদ্র অকুৎ অত্তোং নায়বনি মুপীনচা, লালটেন্দু পায়রগ থিন্নোকসি ?

ধর্ম্মঃ— এঃ, য়ানি তোয়ন লাক্লবনিন পাড়ীশনকাওব কোম্বোং থডিও।

মিনুঃ— অদুদি পাবুং নৈজহৌরে নমস্তে।

ধর্ম্মঃ— থাইনগি য়ারীড় মুংঙাইব্রাও ?

মিনুঃ— য়াম মুংঙাইখ্রে, থেঙক য়ু সার।

( নমস্তে তৌবৈ কায়নবদ )

## ( ৭ )

কোলেজ লথীদা, অয়ুক পুং ১ থম হেনবদ এস আই চিত্রশেন শিংথিন সেত থম কেজ, কনস্টেবল থখোন পুলিশ ইউনিফোমমদ হুক্কং হন্দা চং হান্নী শাম্মি।

চিত্রশেনঃ ওসিসিবু থম্বো পুং ৯ হেল্লব নত্র'ও ? (য়াংতুং কোইরেং য়েংই )

থম্বোঃ—শার, স্কুল কোলেজ ছাত্র ছাত্রী অমাম কানয়ে, থওদে, ওস্তান কাখিবদু য়াওনরম্মত্রা ?

চিত্রশেঃ ওস্তান কাখিবদু শোইজবা হায়দুন অমুক্তা য়েংউগেরাও ?

থম্বোঃ—পোয়ক শেৎতুন ঐবু স্কুল কোলেজদ কারবদি নহা ইমায়বী শিংন থাগৎলকপ য়াই, লক্লয়কপদু য়াই। ওসিবু

অকিস লেংখিরোইদ্রা ছুটি লৌখিরব্রা ?

চিত্রশেঃ ছুটিদি লৌদ্রি, অদুগা চাবাদি সিনেখা য়েংউশিরা খঙ্গিং কালিদাই কুপা য়েংব তাঞ।

খম্বৌঃ—হোয়দা, খরম্ম নুংঙাই থোকপিন্নু, ঐখোয় খবকসি ঠিক নাইব খবক নত্তে, লাইবক খীব মুখিত্ত ইখিক কায়ব্রা থোপ চায়থোকপ্রা ময়ম খঙদে।

চিত্রশেঃ নখোয় ঐখোয় থাদা খনব কাংবুসি মীন মুংশিদনব ভৌব য়াদে। লৈবাকি মরূপ্পি ঐখোয়শে। শেঙ্গা থুমজা অচোপ্পা পনৈবন কা হেম ওইজব পাম্ব য়াদে।

খম্বৌঃ—ফন ফরবগ্গু শায়, থানা ঐখোয়বু প্রজাগা মখোয়গি মরূপ্পি থম্নবিদে, আইনগি মতুং ইন্ন ঐখোয়ন ইখৌনি হায়দুনা মীকা মীপূন ভৌবশি মখোয়গি য়েক্লবনি খম্বৈ।

চিত্রশেঃ ইদু প্রজা ভাব তাদব থয়দাগ বানি। আইন ভাঙ্গ চৎনবগ লৈবাক ময়া ভগকনি, প্রজা থুদিংমক সু ভাইনি। আইন ভাঙ্গব খবক ভৌরিবা ঐখোয়বু জ্ঞান তাব প্রজা অমত্তুন শাওভন থোক্তে।

খম্বৌঃ—আন্দোলন মতমদ প্রজা লাহেলোব কাংবুগ সরকারগি হুকুমগ অনীগি কারক্ত লেপ্প মতমদ ওইবে ঐখোয়গি শক্ত থিজিন্নকগ, ইখোল য়াকগ, মীন মুংশিদব।

চিত্রশেঃ হোয়, আন্দোলন মক্তমদদি দশানি, কয়ম কাংবুন চুম্বগে খঙনরম। নত্তে, নত্ত থেংলে চৎনম্মো আক্রিষ্ট, ঐন্ন কৈমো অমত্তং থাদবম্মগ লম্বীদ, সং লাক্লগে, ঐবু হংব

থম্বোঃ—চিঠি ওইরবদি লম্বীদ থাদদৌ শরুক ঐ ডাক-ঘরদ থাদজরমগে। (চৎথি)

চিত্রঃ— চরোদা ডাকঘরগি কেশ নত্তে। (লাকপ উই)
চৎলম্মো থম্বৌ চৎলম্মো। (থগৎলি)

(মিমু কে·ন শেং কো'লেজ কায়কই)

ডাকু হুরানব কয়া মাইয়োক্লবদ কৈমু কিবিদব ঐন মাও-মচাগুম থোৎলবী অম লাকপদ খিত্তং পাবৎকুম থগৎ-পগুম নিংদোন ভিং-ভিং।

চিত্র : বাদি বায়োবিমু, চে সিমত্ত পায়বিথো হয়বনু

মিমু : ইলেক্সনগি চে য়েনবিরিব্রা ? করম্ব কেন্দিদেট-কি-ওইর-মনো ?

চিত্র : কেন্দিদেট পূদি ঐনি, ইমিংন চিত্রশেন কৌই· পুলিশ এস আই ওইজরি· বি.এ পাশ তৌজরে।

মিমু : অদুদি ঐ হুজিক পি, ইউদা তবর্জরি, লায়রব ইমুংদ ইবা লুপ্লান য়োকপিনি, ভোট থাদনব চহি শুমজ্রি· চেন্থু ঐঙোন্দ পীবিরমমু। অদুগ লম্বীদ শে!ড়োক্ত বামী শাবমু হৈনজদে, বায়োবিমুকো।

চিত্রঃ— লম্বীদ বাম্রীশাব হৈনজ্রগ য়ুবদ লাকে ?

মিমুঃ— কদায়দৈ য়ুবদদি ইমাম্থু লৈ, তাচৌম্থ লৈ।

চিত্রঃ—অদুদি ঐথোয়দদি মী অমত্ত লৈহৌদে ?

মিমুঃ—ইমা!দ তাচৌদ হায় হায়বিথো!, ঐদি হৌজিক থর.জ কংজ্রি।

চি:— অদু চিঠিসি লোম্ম অচিকপদ পারুবদি য়াইদনা কৈদোম লৌ য়াদগে ?

মিসু:— চিঠিদু পারুরগ অথীব বা ইরম্মে থরাই -মুংঙাইরোই; চৈরম্মে শাওনীংগনি, থাগৎতুন মুংশি মুংশিব বা ইরম্মে কাউব য়াদদুনা পুক্লিং ইরাং লাংনি। হৌজিক ঐ ইবুক-হৈংন হৈশো অমত্ত য়াওদনা লৈজরিবসে য়াম্ম মুংঙাইজখ্রে, শান্তি থুগাইবিসু পুলিশ সাহেব। ( চৎখি )

চি:— হৈশ. মসি মুপীবচাশি জাৎ অমনি, হৈশ। মুংশিখ্রেদা সত্তা বিজ্ঞাহৈতন মাংনি। মীন চিংলগ চোপ্পবিসি সিগুম্ব জাৎসি ওইরেকো। হে পুক্লিং, নঙ দিসিপ্লীন কায়র-কনুকো। শকহেনবীসি ঐবু মুংশিবিরম্ব য়াই, থিরবদবনু য়াই। শাওরক্তে চৈরক্তে হায়রদুন মুপীবচাদুন ঐবু মুং-শিখ্রে খনব চুম্বা ? চুবদব য়াই : চাউখৎপ ইমুংদৈ চাউরকপি চৈব হৈতবি ওইরম্বনু য়াই। মমাদ হায় হায়জব তায়।

( বাথল তৌরগ চৎখি )

## (৮)

ঙুংদাং পুং ৮।। তাব কান্দ, লবীদা ( থারমান মমা ) মী ইচিক চিক্লে কয়া চৎথদে। ইম্ফালদৈ কৈরেন মমুমদ হমকপনি, ইচৈশ ওংহুন হুংঙাইন চৎলি। মতুংদৈ সাইকল অমদ মখক লোৎপ অমওক তোব অমদি গুত্তা অম লাওবকই।

লিপাক্লু কনাবো—২৮

গুরু:—অমুক্ত ডাইবিখো. বা অমত্ত হংজগে ?

কৈরেন: কনা কনাবো ? অমত্তশিদ শকথঙক্রে করি পাম্বিবগে ?

গু:— অদোম্বু খোনা যাম কৈ হায়ব চত্তাংপৈগি কৈরেন বাবু হায়বত্তু নংশিত্রাও ?

কৈ:— খোনাদি পংক কজদে, চত্তাংপৈগি কৈরেন হাবক্তুদি ঐনি। অদোম্ব কনা কশা ওইরবনো ? খিং, লৈভর খঙজব যাগত্রাও ?

গু:— ঐগি মিংদি সিদি (মখাংদৈ চেইন শংলগ কল্লি, ত'কখিক্তন চোংশিল্লগ কোম্রৈ লাক্লৈ, অমন অমুক মথক থং অমন অমুক মথক থং, কৈরেম নম্মগ মথক থংব উবদ তাৱিব চেইন্দু থুল্লগ লমওক তোম্বন কৈরেন্দ মৈ ফুই, কাওই। কৈরেম আঃ আঃ......নাব মাম লাওশিন্নৈ খোংশিন্নৈ। )

(নোংবৈ লাওতুম চেন্সিল্লকই লখীদ চংলম্বদৈ লাপ্লপ )

নোংবৈ: কনা কনাবো কৈদোনরবগে ? লৈকাই লৈকাইশা মী· হাংনরে। থয় কনসি লাও ও। মী অমদ অমী চংতুন ফু, অথোব শারিববু কনা কনাবো ? অত্তুম্ব ধর্ম্মবু মৈত্তে মচাম্নাও ? পৌনারাও ? টিকেন্দ্রজিৎলাও ?

( অনীতু চেনখি সাইকল পুরগ, কৈরেন সুংশা মপি হোম্নুন অনাব থাংই, নোংবৈন চংতুন সেবা তোই )

নোংবৈ: কয়া থীব শোক্রে ইবুংঙো, হৌগংপ ভমগত্রা ? কদায় কদায়দ শোক্রে ?

কৈরেঃ—পংথী থীন শোকপদি নত্তে, ওইথংব থুকউদ থর কাও-রমগুম কন্নমগুম অম তৌখ্রে। অমুক্ত নৌগৎচগে শৌগৎ-পিযু।

নোংবৈঃ কদায় কদায়, ঐঙোন্দা কোল্লু।

কৈরেঃ ওইথংব খোঙসি থর শোকখ্রে, করখো মুব মৌব ষাদৌবি।

নোংবৈঃ যুমদি কদায়দ লৈবা?

কৈরেঃ চঙাংবৈগেগি খোঙনাংখোঙদু থঙবিব্রা?

নো·বৈঃ কয়ুম্বো? ইবুঙোবো?

কৈরেঃ লাইশ্রমনি।

নোংঃ লাইশ্রম, চঙা বৈগদ লৈবা।

কৈরেঃ থুড়া ঐবু মুংশিবিদুন মুব কাওদদি খিনবিরম্মু, হায়বযু থবকতি শিংলনিদকো?

নোংবৈঃ তাইবং মীনি ইপাগু করিগি থিল্লোই, থবক হায়বু সিনি মতম মাংসমু পূন্যগি থবক্নি। লাইবক থীব মশেল অঙম মত্তেং পীনব অখোইব থর্ম নি মতমসিদ। ঙাইখো, নম্ব বাজিদি নিপামচা করি মখিং কোই? লৈরিব্রা তুজিকপো? (চৎ নি বৈ তপ্ন তপ্ন)

কৈরেনঃ ঐগি ইপান্ধু থুড়া মমিংন নোংবৈ কৌই হায়। জাপা-নগি লাম্দ মা·খ্রে, শিগ্রত্রা লৈরিব্রা পাউ অমত্ত তাক্রে। তুজিক ইমা ইচা ঐখোয়মুম লৈজরি, ইচন লৈশাথী অহগ, ঙসি ঐবু ফুরম্বিবসি ইচন্দ লয়ররথগি ঐগ থৎনথিব

গুগু, মরল নৈরবনি হায়ছুন মী উশিংতব অং নৈ, মুহাক গুইরুম্বি।

নোংঃ থংনব কজে, তেশিয়ব নৈ। ছুজিক কালদ মুমল নৈবন মপাঙ্গল হেক্ত কম্নি, মীচং হেক্ত যাম্নি, লায়রবগি থওম চানব, মরুপ মপাং, মমদ থর পীরগ নৈঁবিনি।

কৈয়েনঃ ইপা নৈতবসিদি সত্য, খুড়া, ইতু শোমঞ্জে, কমমু কত্রবমু অহলছু থিমুঁদ নৈরবদি ইমা ইচা ঐথোর চারবদু চাত্র-বমু কয়াদ হয়াওন নৈপদগেদো। লাইবক বীবনিন অহল য়াওদবছুদদি কৈয়োই নৈকাইনমু উশিংপিয়ে। মবুং ঐবু হাংতোরুগ ইচম লোগে থনব মীমু নৈরে, ছুজি-কালগে খুড়া, অওকপমি।

নোংঃ ইমাই কৌনিংদে সিনিমে। মজিকলাও মীমু পাক হাংপ যাত্রাও ইচাসিংদ? ঈশ্বর নৈ ইচাগিমু মতোং লাকনি। মণ্ড বাজিছুবু থোইন অহল গুইরম্মোই থোরকথিব যাই।

কৈয়েঃ খুড়াবু কবি থবক শূবিবগে কদায়দ নৈবিরগে?

নোংনৈ : নিপামচা ঐ কাছাড়ংগ বিনাকান্দিদৈনি — ছুজিক্র উরি-বোক্ত নৈ, রিকগো থর থর থোই—। ওনিদি ঐ মথো-লদ মী অম থিরুগে কাকপনি, নওগ লথীদ থেংনরিসিদি ঐমু ইচা অমী নৈহোরি নিপা অমগ মুপী অবগ পাথও নৈশাবী ফাবব ওাক। মথোরগি মক্কিমাওল নৈগে হায়ছুন রিকগো থোবমু যাইয়ে। ইচা উদব মুংওাইতে কুইশিক্রবদি।

কৈরেং : থর কুইরগ করকনি থুড়', ইপা লৈতবদগি থমাই চাক-শ্রব কয়া থেংনশ্র পোৎনি পূন্নিদা, থুডু' ঙসিদি ঐগি চাক শরুক্তু চাখিমরুসি, অদুগ ঐখোয়দ লেকশ্রো, হয়েং নখোল মৌনব।

নোংলৈ : নিপামচা, ঐ ঙসি নখোল মৌদব যাদে, কোম লাক্কে নখোয়দ চাকয় চারগে। ঐ মঙবু— কোম্মোং কাওব খিঞ্জমগে (লৈ লৈদুন চৎখিম্মনি লব শাংম যায়ী শাবনিন।)

ঙাইখো—নিপামচা, নঙ করিগিনো লায়রব মচানা জ্ঞান বাৎনব মহী থকল্লুরিব? পাঙ্গল শোম্বব জ্ঞানয় যাংব পোৎচুবু, তাইবংপাম খৌশাবিশ্রব লাইরব মচাম থকপ হৌনশ্রাও? মদু থকপশি'বু সথাজনয় যাদে লাইঙরু শিংনয় ধর্ম্মগ পক্নদে হায়নরি

কৈরেং : ঐ মহৌশা থক্লখপোৎনক্তে, ৭/৮ নিদ ঙায়রি মীন থম থম জুম তম্বিনদৈ। মরূপ মপাংন মখোয়গ তিম্নং মুংঙাইনব থকপ তম্বিব চঙাংগৈ এবার পোর্টত চৌকিদার থম হাপখি; হন্দক্ত, ঐদি ইপা লৈজদবনিন যা নোম্বিনিংঙাই লৈতক্লন মপা লৈবশিং মমল লৈবশিংগি মচা মনাওন ওইশ্রে, ঐবু থৎতোকহৌরে। মদুই মুংঙাইতবদু থাংব ঙমন্ত্র। হায়দুন ৎক মেংঙবনি—।

( নোংলৈ লোয় কপ্পি )

ঐন থকলুম্মিবসি খুড়া ইপানি, ইপাগি মহৎ ওইবব মহিনি মচু থরুগ খোমা ওহাওংদি লাকপ্রা, ইপা নৈরগ থবাই চাউবগুব —, কুইদি কুইদে। ইপা নৈতবাসিদি সভ্য, সুংতাইজেকো—খুড়া

( কৈরেন কপ্পি )

নোংলৈ : থকউমু নিপামচা, মুন ইপা ওইব, ইচা ওইব কুইন ম্মযোই। শিগ্রে হায়ব পাউ লাক্তবনিন নওগি বাজিচু খোরকপ য়াম্মি —। বাজি নৈতব ইমা নৈতব মী কগাগি মপা মমা ঈশ্বর নৈম্মি —। মমচৎ শাজৎত কজৌ ঈশ্বরন শোইদন নত্তেং পাংগনি।

কৈরে : ঈশ্বরসি খুড়া, কৌব ঙাদে, মাম্ম ঙাংদে কদায়দ কমদোন তম্মুন নৈরিবনো খঙদে।

নোংলৈঃ- মকম খুদিংদ মতম পূম্নমক্ত ঈশ্বর নৈ অমব অচুম্ব তেব মীগি মীচংনি মহাক।

কৈরে : ঐখোয় কোম্মোং য়ৌরে খুড়া —, য়াম্মৌবিব য়াদে ঐখোয় লেকপ্রসিঙ্গ য়াদবনিন নৈজখোয়ে। য়াম্ম মতম মাংলেদে খুড়া ?

নোংলৈঃ নতেং পীব ওম্মিবসি ঐগি লাইবক কবনি। ( খোবক্রে।

কৈরে : সুপীমচা মীম্ম, অমুক্তা খোরকও (মচনসুপীম শমচুম মবুং পুশিনক্রে। নোংলৈ লাম্লম য়েংলম্মগ — নখোলদ হায়খদ ইম্ফাল লোমদ চথৎক্রে —।)

# ( ৯ )

অয়ুক পুং ৭।। য়োম ভাবদ, চঙাংগী লাইশ্রম হিঙোলদ শুপীমচা মিন্থুন চেং থৈরি চাকথোংবদৈ থোয়ক, মমা লৈথাকলৈন মাখোম্না কনেকনা ইরু- ফিরা অম কোংদি।

চিত্রসেন সিভিলিয়ান ড্রেশ, স্যুট কেস টাইপুন ফুং থংলকই, মাংদ থম্বো কমইথৈবন সুট কেশ অমা পুমগ চংখিন্নরকই। থম্বোন মাংদ চথং-মিন্থুন হংলৈ।

থম্বো : ইবেম্ম ইমুংসিবু কয়ুমনো ?

মিন্থু : লাইশ্রমনি কমা থিবিবগে ?

থম্বো : ইবেম্মবু পোকপরা ইন্দোলসিবো করি মিং কৌবিবগে ?

মিন্থু : ঐগি ইমানি, লৈথাকলৈ কৌই।

থম্বো; নিপাদি অমত্ত লৈবিরা ?

মিন্থু, কয়িনো সেন্সসকিরা, ভোটরলিস্ট ইবিদৌরিত্র ?

ইবুং অমগ লৈজৈ।

থম্বো অচুদি চুম্মেনে সায় ? ঐ হনজব য়ায়রা ?

চিত্র, চু.ম্ম, স্যুটকেশতু তুলছিনুংদ থনম্মগ চৎখিব য়াবে।

( থোঙচুপ লৌখোক্লগ মমাদ থুক্লম্মুই )

য়াম্মৌখিব য়াদে ইমা, নচাবু চানবিয়ু। ঐগি দশা লাংভম মগুব কোক্লব মাইথী পাঞ্জি ভাজমগ ইমাখোয় ইমুংসিদ কয়িগুম পোৎ থয়দং কৎচগে লাকপনি, চানবিন্নুন হয়াও হয়াও লৌখিয়ু।

লৈথাকলৈ: কয়িগি লানবো কয়ি পোৎনো ইবুংঙো ?

(স্তটকেশ হাংলগ চিত্রসেম সেন্দল অমনে ইরকি অমনে মমাদ পীরগ থূরুন্মি।

চিত্রঃ ননাই ঐপি দশা লাংভম কত্তর পুমক কোকচমগে ইমা

লৈঃ করিবো মমল মাম পোৎ ওাক্ত, দশা লাংভম কত্তব মথৈ কোকচরো ইবুংঙো।

চিত্রঃ ইবেম্ম তাচৌদি? ইমা খোংউপ্ত চাব্বা অমুক্ত?

লৈঃ চপ চারবে। (হরাওনৈ)

মিমুঃ তাচৌদি ইমুংদ হিপ্লি, হকচাং কয়া ওমদে হায়মুন।

চিত্রঃ খোওঙুপসি চাত্রা অমুক্ত য়েংহল্লকউ। চারবদি অহুম থনম্মো ঐন শিদ থুরুম্মগে, চাত্রবদি অমুক শিল্লগে পুরকউ। (থূরুন্মি) লাইনিংথৌ ইঙো কৃপা তৌবিয়ু।

মিমুঃ হাত্তা কর্নন মমা থিবদ পাম্মুব থওদম দানদ পংত্তৌদ তৌবগুম, ঐখোয়দি মওলা হায়া ভাম তাত্রে। (খোওঙুপ পুশিনথি)

চিত্রঃ ঐদি দশা কত্তব কোয়গ লোইরে, শেলদি তায়গ কংপোৎনি। (ঘোড়া থারবদ কন্মি) ঐন তৌরিসি মী অতৈদি উরিয়োইকো। (কোইন য়েংই)

মিমুঃ তাচৌ খোওঙুপশি চাত্রা অমুক্ত য়েংবিয়ু।

কৈঃ কৈহ কয়া শীয়নোবে? শেলদি নৈত্তনা

মিমুঃ শেলদ তিংদোব মত্তে- চাত্রদ য়েংবিরো, চাত্রগ শিলুগে হায়রে। ওাত্তরি কৈরিব নিপা অমন দশা কোরুব কৎলবনে।

কৈ: চপ চায়নৈহে। কনানো নিপাদু অমিং মথা ইশিলহৌ, কোটো যাওরগ লৌহৌ।

মিমু: আইদেন্টিটি কাদ যাওরগ থম্বিরম্মু, নক্কগ মিং দৈভর শক থঙনব থনম্মু হায়বকই। (সুপীতু থর পাম্মব উই)

চিত্র: মনাই ঐ ইহুন থমজরমগে, হুৱাক্ষকপ মচচ্চে। ইবেম্মসু খোঙঙ্গপসি চান্না অমুক্ত য়েংবিয়ু, (কুমিৎ সুইটর অককপ অমগ) মসিমু লিৎ য়েংবিয়ু চপ চায়বদি ঐপি দশা কোকচরে। (উপমিন্নে, লিৎমিন্নে)

মিমু: কুমিৎসি থর চিনগুম তৌত্রা ? খোঙঙ্গপত্তি চায়ে।

চিত্র: কদায় চিন্নগে চপ চায়ে। চৎলগ খুজিন শিকই মান্নি মশাদু)

মিমু: (নাবিদে, থিৎতনক শুগৎ) যোয়েদপি ফারকপ্রা লম্বীদে তারম্বা থঙপোৎ মত্তে, হয়েংদি থানা মমাম্ন থিগৎলক্রা করিনো ?

চিত্র: ঐ পুলিশ এস' আইনি, ইমিংন চিত্রসেন কৌজৈ চহি ৩০ শুকাৎত্রি, য়ুম্নাক্ক হুইত্রোম্মি, য়েন্ন নিংথৌজা। অহল লমন শুন দৈলজম্মি, স্কুল ওঝানি থাজিনা, লৌ পরী অহম চাম্নি ইথন্দ পোকচৈ। তোলোবত্তি মামজদে লুপা ৪০০/৫০০, ইমা ঐ হজরে, মজল ওইজগে। (থুরুম্মগ) ইবেম্মা চৎচরে। (সুটকেশমু পামথৎলি)

মিমু: কনি তামো। দৈমা! (পোনথ) হাপ্পব উযুদি পুম্রেনবৈ ইমা, মসি নিপাসি য়াম্ন লিকপ জাৎনি। (চিত্রসেপ্নগ

থার )

লৈ: হোয়নে. উপু অহানবসিবু পুথিনে। ( লোয় লোকই )

চিত্র: উপুসি দরকার লৈদোব ওইরবদি থবজর'গে ? (থনম্মি)

লৈ: কাগী তৌবনি পুথিখো।

মি: দরকার্গিদি কোট্রুম্থ কায়নিয়ে।

চিত্র: থবজরবগে, কায়বিদোব ওইরবদি। ( লৌখোক্লগ পীরম্মি, নোং ১০০/২০০ য়াওবস্থু পুথিগে তৌরগ হাপচিল্লম্মে। উপুদ কোট্রু হাপলম্মি। চৎথি, মিনুন লিৎশিন্নি। )

লৈ: মুপীদচা ভায়তুন কোট্রু পীরু, মমাই থকম্ম—।

মিনু: পংমল্লি ইমা, থম শিংজনব লৌহৌসে ?

লৈ: অদুম তৌব হৌনদে কাগী কাগীদে—, চৎত্র

মিনু: ইমা নত হায়রিবনি ঐবু অঙাওবদুগি মতুং ইনেথ্রো চেনথ্রো হায়রিব্র'ও ? মী মচাগি মী'ংলাও ?

লৈ: কোট্রু পীথোকউ হায়বা—? ইকাথিথি!

মিনু: অমুক্ত ঙাইবিখে'ও কংলৈথাকি অথৌব। কোটসি পুথি- থোও—শেলম্থ য়াওরি—ঙাওরবাও ?

চিত্র: কুরিৎ থোংগ্রাও লৌহৌগে হায়রবমু ঐদি হেক্ত থনম- দৌঙ্গাৎনি। ( কুরিৎ কোট লিৎপি কোম্থোংদ ) থবাইনবু চপ য়ুং মিংগ্রবদি ঐথোয়দি ইকাই ইকি থঙব নিপামচা নত্তে।

মিনু: কদায়দনো নিপামচান থবাইন চপ য়ুংলিবো ?

চিত্র : ছজিক ফাওব থঙজ্রিবাও ?

খি : (নোকফেৎ, মমাই নৈখোক ফিৎচিন কেন য়েং): থঙজ্রিয়ে।

চিত্র : নমীৎ অনীজুপ। ( খুদোল্লীম তাকই )

খি : কদায়দনো ছজিকপে —তঙ্কিং তঙ্কিং ?

চিত্র : আঙ্কিসতনে।

খি : চাঙ্কি কদায় চাদৌরিবা ?

চিত্র : ঐখোয় চাকপু লোইরবাও ?

খি : ঐদি ছুটি ওইরবোই মীংই

চিত্র : মতম জৌবনি পুকণলে, মমীৎ অনীজু উবদ। বাই বাই !

খি : বাই।

: ( ভপু খোঙ্গৎলগ ) থৈ দনকুম্মগে মুমিৎ শেংলে। মুপী

মতু চাক খোংলুয়ো নৈহোরবদি।

(১০)

থাইথেদেল মথা চেং তকপ কোলম, অয়ুক পুং ৮

কোল মপু মহাজন মেজ মথক্ত উপুবাক্নি শেল হাল্লু থম,

শাব—বকিল টেবিলদ তা, মশান চৌকিদ ফম থবক শূদীশিংগি ফেটো

প নমখিব অম য়েং নৈ। মহাজন চহি ৫০ রোম শুবে, থৈজোম শেংলি,

শম য়োব ফুম্মিৎ কোট অম লিংলি। চৈপায়ব চৌকিদার ১, মপাক

শা।

মহাজন : তোমাল, হৈ তোমাল নঙবু নিনে, তাদ্রবাও ?

তোমাল· (উইরম্মদৈ থং) : কনাই ঐবু কৌবিত্রা ? (চেল্লকই·)

মহাজন : নঙবু ভূম্ম রব্রাও ?

তোমাল: অয়ুক্কবু কনান ভূমজক্লগবনো : মৈত লাম্মরগি বাথলদ কোক ওহাক তাওরুবব্রা ? কেনীং থেল অদোব অম থম্মিরম্মদি ২ রক কৌনরোইদবা।

মহা : মৈশা তিংলগ নাকোং মৈশিনবু থেল, চেংতকপৈ চক্রো মখোলগ পাম্মবদি নাপংব কুইরোইনে ঐখোম্মবো ঐবু লিকই হাম্মহুন লক্কম্মিত্র'ও ?

তোমা : নচ্চদে মহাজন (খুড়া ইবুঙো), খোল হৌন কৌবিবদ খৌনাও তাদনব হংগৎচবৈ বানি।

মহা। খৌনাও তাসন্নু, মা পংদোশরুক-। মরৈন কল্লিবদী, কাম্মদব মকমদা—। ঙসিবু লৈবাক্লে কারকপ্রা ?

তোমা : কারকখ্রে খুড়া ইবুংঙো—ঙরাং মহালদৈ হেম্মা মপা তনান তনান, মকি মম্মোল তরু তরু।

মহা : ঐন কাম্মথ বাকমচু মঙোন্দ থম্ম হুংখ্রবাও ?

তোমা: বাবুদি হুংপ হৌজরবানে, মনাদু খিৎতং তাথৌরি। চানব পংদোম্মব জাৎলা হাম্মহুন ঐন মতৌ মেংজবমু ঙসি ঙরাংদি করিনো মফিম নাম্মিব, ফেনাৎ অহলবকা তোংলহুন অয়ুক ওস্তাদবু চেংহী মনম বা বা।

মহা: তাইবং মীদি মচীম ঙাংব বানঙাক থমুংদ্ধ কোংদোক্কে, তৌখোম্মকপ থবকতৈ পুক্লিংগি নাপ ওনবমা চুম্মহেঙ্গল্লি।

আফিশ অসি নঙ ধুপ থ'ন মাংনে ঙসি অমুক লৈবাক-
লৈপি চেংহি অফুংপ মনমঙ্গুন অমুক কম্বাব ওয়েল-
কম্ ( Welcome ) তৌহনসি কৌরকউ।

তোমা: কৌজরবে খুড়া ইবুংঙো। ( থোকশ্রগ )
( লাওন কৌই ) ওহ ও। ইন্দোল লৈবাকলৈঙ্গু আফিস
রোমদ অমুক ঙানবিরো হায়রো? তাবস্রাও? ইন্দোল
লৈবাকলৈনবুনে? লৈবাকলৈ;

লৈবা: ( অরাপ্লদৈ ): কোল মথোলসিন অহৌ তাদে, না
য়েশিঙ্গে। লৈবাকলৈ ঐবু কৌবিব্রাও?

তোমা: মাংনে মাংনে, ইন্দোল লৈবাকলৈবুনে।

লৈ: ( লাক্লগ ) আফিস্টদি ঐবু কবিগি? হিসাব শু'া হৈবগু
মগুনা?

তোমা: আফিশ মনুংদ অঙাং অম কপ্পে, ঙহাক্ত ইন্দোয় থেম্বী-
ত্রবদি ঐথোয়ন থেম ঙম্বপোৎ নস্তে। ( নোকহৌই )

লৈ: ( চংলকপদ ): কয়ম মমান হুন্দোক্লম অঙাংনোনে?
( মহাজন উবদ ঙক ) হৈমা। অঙাং ১ কপ্পে হায়ঙুন
তোমাল চিন্থীন কৌরিবদি অঙাংদি লৈঙ্গু লৈতনা?
( মহাজম চৌকি নত্রগ যোড়া থারগ )

মহা: কপ্পে হায়রিব অঙাংঙু অতৈ নস্তে, ঐনে।

লৈ: ( কম্মগ ): চহি য়াম্মব অহনদি অঙাংগ পাংথক্লি হায়নবঙ্গু
চুম তারেদনা।

মহা: অচুম্বনি চেংহী মমম শুংশিবী।

লিপাক্ত কদানো – ৪০

লৈবা: করম্ব মরাম্ব থৌরাংবগি নত্রগ করম্ব শাম্নপোৎ মাংখিবগি কপ্নিরিব অঙাং ওইরবনে। ?

মহা: থঙদে মসিগি অঙাংসি লম হেনখ্রে. কেথোকখ্রে, মরম চাব কজব রান মাবু নেমথহনব মাদে। ঐ ইথম্ব ঙাম্নরব বান্দ থনু দৈ নিংঙাই তৌরকই, হৌন কপ্লকই।

লৈ: মখোলদি করি করি হায়রকপগে লৌব ঙাখ্রে। ?

মহা: কাবক কাবক অচুম লৌবদি য়াই। অঙাংসিন তৌরিব নিংঙাই হায়দবু: কৈদৌনদগে লৌম্নাম চারগ, চাক্র কারখানা কম্না লোইরগ, তাইবং মীন যু ঙাক্ষ মাংকববু কি-য়োল, কোলনিক, সনা লুপা মথম্নাহপান্দব পোং-চৈ ময়ামগি মপু ওইখ্রাও? কদায় সুংশিন অমে.ব থোজেল? (হোগংলগ অঙাওবগুম লৈবাকদৈ মনাক চং নানব পাযব মহলান্দ লৈবাকলৈন থরা থরা হন্দোক হন্দোক নাখোরুব লাক্রব, ঙঙলান্দুম্নু সুংঙাইহুম কায়হন-নীংদব মতৌ)

কদায়, তাইথং লৈকংলাদ কৈথরকপ নোংদোন লাইজগুম্ব সুংঙাইতব অরাব পুম্ব কাউহনবগুম মোমোন মীনোকাক (মচৌন্দু পাম্নরগ থোবহন) কদায়? অনম নহদব সনাগি লৈরাং, নাদ চিম্নগ নাতোন অসিন পেংব মাত্র ও চেংহী-মনম (শম্নি মচেংদৈন্দ) অঙুম? কন য়াম্ন তঙ্গুরকই চে অকংবন শাব করেন্সিনেট মহাও মনম য়াওদব অরেম্বনি, শেনশিংহু উপু কাচৌন্দ

থর্দিন চিক্লবনি, মিরাং থাংনবনি : অমুম্ব থেংলব নৌরব থুংন (ডক্র সুর্দিশন তাব্রিবী থাগি মথুং তিংখোকহন) খোমোন মোমোন লোক লৌশিনবিরবদি

লৈ: থুংন মোমোন লোকপন্নিকো?

মহা: (মচীন পাম্নগ): চানম্বু অঙ্কুব লোকপ মাই। অসুক মান তাল্লুব ইন্নন শেল মরাম কনাগি দমক্কনো? মান করিগিনে। ওস্তা।

(কপ্প) মগাম্বু অমস্ত থনমদ ঐবু ইথন্দ হন্দোকলন তুমিন্ন মাংখ্রিববু করিগিনো? (লৈবাকলৈদ নান্নগ) অমুম্ব তনৌ তনৌরিবী মান করি মুংঙাইতব লৈবদগি থম্মুং লৈবাক্ত মাংখ্রিবনো? (কপ্প)

লৈবা: ঐদি নহা নংত্রে করম্নো। ওঃ—তোমাল। তোমাল নঙবু কদায়দ লৈবগে? (কোলকল্লি, লেংদে)

তোমা (যেন্নথাদ মপ লোম্ন তান্নখদৈ থম্ন হন্দোক্লগ): ওঃ তোমাল বাবুদি ইন্দোল লৈবাক্লেগি মহুৎ চেং থপ্প চৎলে—।

লৈ: তোমাল চৎপ্রবম্ন থুম্মিব নঙদি লাপ্ন লৈগনো?

(থম্ন শিগৎলগ অমুক কক্লাংদ মপ তারি)

মহাজন (হ মনবপ পামখোই কোনখোই): লাইবক থীবিদুন ওস্তা লৈথিব্রে, বাবকান্দ শম্নক মাখিবী, হুজিক মুংঙাইমব কান্ম (কপ্প কপ্প) মাওম্নবীদো ঐবু কদায়দ থিরুদগে চহিম্ন ৫০ মুক্ত ডায়রি শিদোক্লগ উম্নকসি হায়মবম্ন। কনাখন্নো ঐন মাগি লমনশিংদোবসিবো? (মনায়ন

মঙ্গন্দ ঙাগ্নগ কপ) মচক অশাংবন্তুদ মরৈ পযেং মূহোৱ
কয়ান ৫ ৱক ওনব থুংদগে ? মনাদ সন ইগ্নোই, বাজোর
কম্বাগি লৈ নায়াম্ন য়াদগে ? চংনিংব শেল চংজসনো ?
রাধা গোবিন্দম সাক্ষী (ঙাওন লাওব) ঐ পাম্মূদেয়েঃ
(মনঙ্গন্দ ঙা, মাস্থে হায়কেৎ।

লৈ : তোমাল, পরপ পরপ চংলকউ। ( অভুম ঙাহল্লি )

তোমা : তোমাল লৈতেয়ে—।

লৈ : তোমাল লৈত্রবস্ত নঙ্ক লাওনহৈ, রাস্থ্রে নহৈ অঙাংসে —।

তোমাল (চংলক্লমেং) : হৈমা ! হৈহৈমা ! অঙাংলাউসিদি স'থোন
মাস্থয়ে, করমো ? নাহোং পূজরকে- পোথৎপিরোদো !

লৈবা : চয়োহৈ, স্নক হকপ অঙাংসিবু কনান পো-ঙমগবনো ?
ফক অমগ কি অমগ পূরকউ শুমজুন য়েংসি। থৌল্লে,
পরপ পরপ ? হুম হুম ম ম। (.তামালন ফক থাই,
অনী চংজুন হিপহ'ল্ল, কি শুম্নি,—হুম হুম হায়জুন শুম্মিমৈ
মমিৎ উইশিন লৈ। মপান্দ অরাপ্পবৈ ধর্ম্মসিং অমদি.
ফজবী মশা মাম্ন লাকই, লৈবাকলৈবু কৌব ভায় )

ধর্ম্ম : চক্রি তকপিন্নিবথিং, ভাবিরিব্রাও ? বামত হংজগে ?
লাইশ্রম ওংবী ইবেম্মা লৈবাকলৈবু কোল অসিদ
ফৌ থল্ল, চেং থৈব মাওরিব্রাও ? ইমেম্ম লৈবাকলৈবুনে ?

লৈবা : য়েংউ তোমাল, মসিগি অঙাংসিন তৌরিব নিঙাইসি
কনব খ্বাইরম্বন্দ খৈদেন্দ মুমিদাংবাই মুমিদাংবাই মাম্ন

থোকই হায়নবনি লাইফদিবী ১/২ নং লৈথিরো। মাগি নিং-ঙাইদু থৌরকপ কান্দ পীগ হেক হেক শায়রম্লু। ঐ মীন কৌরে, কনানো অমুক্ত উমরুথিগে। (মপান্দ থোকখি)

মহাঃ (হৌগৎলগ): কনানো কৌথোকখ্রিব হিগাইরাদে। ?

তোমাঃ থওদে, উতুপ্ন থোম্মু সিরা ? (লোম্নঙাংনৈ)

মহাঃ তুমিন লৈয় রারী শাব তাসি।

(অনীচু কুম্থুম রাগী শাব তারি)

লৈবাঃ নমস্তে পাবুং, নমস্তে ইমাশি। কদায়দ লেংবিদৌরি বনো ? ঐবু কৌবিখিব্রা ?

ধর্ম্মঃ নমস্তে ঐথোয় সুম কোইথোরকপনি—

কঞ্জবীঃ নমস্তে, চক্রি ঙকপসিদ নবক য়াওবিরিব্রাও ?

লৈবাঃ লেমন লৈদোশরুক হায়ছুন থয় থয় য়াওজবা

ধর্ম্মঃ নোংমদ লুপা কয়ামুক তাব গ ?

লৈঃ থয় কয় শূরগ লুপা ৫/৬ কা তায়জাংনি।

ধর্ম্ম; মহাজন শূমসিদি তিমব সুংঙাইব্রা মবুক ফব্রাও ?

লৈঃ মীনদি লিকই চোপই হায়ন ঙাংনবি, ঐথোয়দদি য়াম মবুক কৈ, লুন তৌবি।

ধর্ম্মঃ মান লুন তৌবছুনি এন য়াম সুংশা থীরিবসি।

লৈঃ হৈমা করিগি ওইরবনো ?

কঞ্জবীঃ মাগি সুপীদ্র লৈথিদব চহি ৭/৮ শুরে। শেল তিংগনি হায়ছুন নিংথিন লাইবেংবিদে, লিককোল সমা লুপা ইশি শিহনবিদে হায়নৈ।

ধর্ম্ম: ঐদি সুম মহাজননি কয়া থাজদে, কিয়োনকম কমগেরা, দোকান কমগেরা অপাম্ব অম থম্ভু, মকম য়েংউসি লাও।

ফজবী: ছজিকপু চংপ য়াবরাও? হাজিরা যিং পানগ্রবাও

লৈ: য়ানি যেরা লৈতে। তোমাল, ঙসিদি ঐ থবক য়াও- রবোই, থবক অম চংলেহে?

ধর্ম্ম: কায়দে, নিপামচা কৈরেনগিসু থবক অম থিদব য়াদে, দোকানবু ফম্মিয়গে হায়রবসু নখোয় থঙদবননি সুম মহাজনসিদি অহানবদ লুট চংপ য়াওরম্মিগনে। ছজিক্ল বৈষ্ণব শাবা (অহুমত্তু চংমিয়খি)

(অনীচু থোকমিররকই তম্ম)

মহাজ: করি করিনো ঐবু থীন হুন্দুনা হিপ'ইরা তৌগ্রমানে, মস্তেদা হে তাইবং মী, মীগি কত্তবদ ঙাংনরগ মুংঙাইব তাইবং মী!

তো: করিসু থোইদোকপ থীন হায়বদি নত্তেদ, সুম মহাজন অরিকপা, মুপী কৈতব পাগ্রা থাজব য়াদব লুট য়াওরম বৈষ্ণব অসিথক্ত ওইরমালে!

মহাজ: মাগী মমাং নৈবাক্লে লৌদব য়াদে থঙনী

(মথোঙ থিল্লি)

(১১)

কৈরেন মমমদ অমুক,

পায়জামা অঙৌব শেৎ, ফুরিৎ হাফ অম লিং, খোঙচুপ গে গে লাওবহু তোং হঙৎ হন্দা চং ফজব্রা য়েংই। চৌকিরা মোড়ায়া অমদ কম মিন্নুন লাইরিক অম পারগ মতৌ য়েংই।

কৈ: ঙুপীমচা, মান লৈরকপ খোঙচ্ পসি ১০০ হেম পীব অকবজাংনিহে? ঐতোন্দ চপ চায়, কম্ম য়াম্ম ফকৈজনহে। মতুই নিপাহু মবুক ইশেং শেংলদুন ঐদি কনবু সুংশি।

মিমু: খং খং লাওই ঐদি মুংশিদে।

কৈ: মান পীরব খোঙচ্ পক ফুরিংকহল্লি পাবত্রাও?

মিমু: পোংপুদি পাম্মি লৈতবনিন। মহাক্তি পোংতু নত্তে।

কৈ: ইমাগিম্মু ইমকি ও খোঙচ্ প ও· পীরম্বহু য়াম হরাওবনে ৫

মিমু: কনেক মপান নাইব য়াওরক্তে হায়দুন ইমাদি য়াম শাওবনি।

কৈ: সুংঙাইবিরেদা মখোয় নমা মচান সুংঙ ইবিরিবসে? নহান-গিদুম্ব কুজবগি পোংলাও?

মিমু: নত্রবম্মু, মমাই ইথক থকই মুংশিদে।

কৈ: নঙন হেম্ম কজত্রাও শকঈবি?

মিমু: শক্ত কজব মান হেল্লবম্মু, মাবু মমাইদি থক্তে হায়ব ঙম্মোই।

কৈ: কদায়দ মমাই থকইবনো, কাওরাও? মান পোং চৈ শেল য়াম্ম তিংন লৈরকলিবন্থু ইমান চায়ব, ঐন শাওবিদনবকা তোরকইবন্থু Proper Channel নত্রাও, তু খোং মথংমনাও চুম্ম চেম্ম্বক্ত ও? মমায় থকপন অদুম তোগত্রাও?

মিমু: মান কন চেনেল চুম্ম তু খোং মথং মথং লাক কৈদোদগে? খোংদুন চেম্ম্বকদোম্বিবা অকুংপ মকম লোকতাক ঐন

পন থিঙ্গৎলগ লোইরে থৌরক্তমব—।

কৈ : লোগতাক প্রোজেক্টা তাব ইশিং কংনব শিংতোক্লবদি কয়ক পেন্নি। চৌঙদা কানিং ত্রাও? কবোদা লোই থাওয়াও?

( কোম্বোংদ লেপ: চিত্রসেন অমদি থম্বৌ সিভিল ড্রেশক্ত মতৌ য়েংলি )

থম্বৌ: দাদাবু, মতম ওইত্রিবাও? লেংঙ্ রসে?

কৈ : করিনো লাও ইমাওশা, কোম্বোংদ পাল্লিববু করিগিনো? নথোয়ন চেম্ব্রকপ মুংঙাইনব ফু-থোং লোইন শেংদোক-লবসে ইয়াম্বন। ওয়ো ওয়ো হেক্ত চেম্ব্রকপো লোক্তাক ইতাক মমক্র কোঙ্গোন থৌনব।

( অনীমু চংলকপদ মিমুন মমাই কেৎ নৈথোকশৈম্রে )

মুপীমচা ফিদা থাও, চা লোয়্রু। হিদাক হাম্রু, থোনবনি মী লাক্লবদি মতিক চাব।

( মোড়া চৌকি তম লংক্লন থার )

মিমু : সঙ্গোম নৈতে, চাঙাং ফানব য়াগম্র। চিনি অঙাংবনি?

চিত্রসেন: তৌবিক্লমু ঐথোয় হৃজিক্ত থকচন্নি।

কৈরেম (শাওরপ) : মুপীমচা।

মিমু : তাচৌ—।

কৈরে : মিমু নচা।

মিমু : অয়োয়ো—তাচৌ।

কৈরে : হিদাক হান্নকেয়া কক্ শেম্মকেরা?

মিমুঃ মকোক ঙাওরোইদ্রাও কৈদো অমাং ঙাক্তনে, গঞা ওইন শেম্মক অদুগ।

তোম্বঃ মৈথু থকপ হকচাং শোকই হায়নরে। কম্বিমত বাখিরুদো।

চিত্রঃ পুংবু থেংজিন্নক্লে, লেংনব তৌরগি।

কৈঃ ফরে চৎসি। (থোকখি, অনৌন ইম)

চিত্রঃ (থর চিথহৌরগ) (লোম) ঙসিবু ছুটিরাও?

মিমুঃ করিগিনো নথৌ লৈব্রাও? (শুগৎলি)

(অহন্মক কোম্থোং মৌরগ চিত্রসেন্দ)

কৈরেঃ ইবো নঙ, মুপীমচাদ। রুমাল মচা অমত্ত পীরকউ হায়রু! (মখোয়নীন উথকতা থেংলৈ)

চিত্রঃ (পরপ পরপ চৎ): রুমান অম পীরকউ হায়রকই নখোয় ইবাইনা।

মিমুঃ কদায়দ থমলম্বগে অমুক্ত হংলু চৎলু। (মমায় লৈদ্রন খিৎতং চৎখিবদ) ঙাইখো ও থমভম থঙঙে। (মবুক্তগি নত্রগ ফুরিৎখাওদৈ শৎলগ পী)

চিত্রঃ থেঙক য়ু।

মিমুঃ ঙহাক্তং লেপখো। অতৈ করি হায়নীংঙাই দৈ?

চিত্রঃ ঐ রুমাম লৌব লাকচবনি।

মিমুঃ পীরব নত্রাও চৎলোদনা। (চৎখিহুৎলৈ

চিত্রঃ রুমালসি পীমক্লে।

কৈরেঃ ইহে, অম অমুক চিথরম্মে করম্মো।

চিত্রঃ তাকপিসি?

কৈ: য়েংও, ঐগি মোন মথাদ লৈব ছুরিদু পীরকউ হঁয়য়ু।
(চংখি অমুক) (অনীদু মুকন ২ মাখী শাজিন্নখোই)

চিত্র: ইবাহংগি মোন মথাদা ছুরি অম লৈখোই, পীরকউ হায়।

মিনু: সিম মায়োইক্রা হংউ। (ফুবিৎথাওদে মচা ১ লৌখোক্লগ পী,

চিত্র: অদুদি মোন মথাদেমু নত্তবা?

মিনু: অদুগ হেক চং লৌক্ররো।

চিত্র: ঐবু চংলগ লৌরকউ হায়রক্তে।

মিনু: অদুদি ঐন তঙ্গি হায়রদি কনখোনি?

চিত্র: কৈদৌরগ তনবিদবগে?

মিনু: তাকপ ওম্মোই, তন্দুনব মা অম হায়রকউ

চিত্র: ঐন হায়দৌব হাংবু আই লম্ভ মু।

মিনু: থেওক মু সান। (ইমুংদ চংলগ ছুরী লৌক্ররগ পীরে, মোড়া থারম্মি ক খি) চা অহাওব লোঙ্গুখিগে পুংমুক্ত কনখো।

চিত্র: এ: কদাইদে, কোম্ছোংদ ঙাইহৌরি।

মিনু: থর থুনব চা লোনখিম্রুসি লাও। (মখুৎ পায় চিংশিল্লি থাংলগ)

চিত্র: হয়েং থকচগে মাইশংন দনাহনবী। (তুংহন য়েংই)

মিনু: (থাদোক্লগ): চৎলো অদুদি, হয়েংদৈথ চংবিয়ররকমু ঐখো-মদা। (মতুং ওম্ছোক লেপলৈ, চিত্রসেম্ম ঙকই, .কাম্ছোংদ অমুক মঙ্গোল অমুক য়েং লৈ।)

চিত্রঃ মাঙ্গৌবিশু মানী মাধে, পীবিনিংব থোদা অম পীনৌ-, পাংজগে। চংলকনুদদি ভাকশিনু।

(এটেন্সন্দ চপ লেপ লৈ)

বিনুঃ (মখাংদ হঙ্গৎ হন্দা চৎ) হয়েংদৈ। ভাবিত্রা?

চিত্রঃ ভাজবি।

বিনুঃ ঐম লাইব্রিক তম কাম থুমিংলবৈ।

চিত্রঃ ভাজার।

বিনুঃ কো-স্থাংদৈ কোলেজ গৌং কাওব ইতুং ইন্দোবনি। থুমিৎ থুদিংগি।

চিত্রঃ ইজগে।

বিনুঃ চৎলো মায়ে। (সালাম তৌরচংখি) (লোম) মমুং মৌরগ হয়েং চাউথোক্কনবনি, থংলেম.জদি পামুবা!

(মাদি ভাখিদে)

চিত্রঃ ইস, থাঙসি থিবদ কয়া কুইন চংপ্রবগে হায়বনু।

কৈঃ Thank you, থম চেৎন থনম্বনবি। (চৎখিমখি)

কৈশামপাংতৈ কাথেবেন, অহৈদ ইম্ফাল কোলেজ লথী, অহৈব খায়-মাম চম্ভাংগৈ মোমদ মশক লোৎ নোংলৈম বিকশো থৌমকই। মথক্তা তোংলিবম ভাকু ফিজেৎ শেৎপ লমওক তোম অমদি মাগি পাংদম মরূপ ১। অমীহ ভাওমপ মামী শারপ চৎখি, নোংলৈম হুংশিদন ভাব।

লমওকঃ খিৎতং মীস ঐবু কল্লকপদগি লমওক গুওানি হায়নবৈ বাদবি, ইশা ইমাগি মপাম শেল বাৎতন শিজিনৈ, মরী মতা মরূপ মপাং অচৌ অশাং অতম ভাজমি। ঐম মচম লৌখিগে ধায়বদি মমাইবক কম মত্রাও] (মু.হায়মপ)

৫০নিপাঙ্গু কনাদো—

মরূপ : ময়াইবক কপ্পথ পোৎনি, ভায়াপি য়াইক হেক ওইবদ মুপীবক ওইরবদু যাবু কৈরোই দৈকাইন খি খি কিননি, য়াদী অমগুম ইকাইথুম্নদৌরিবনি।

লম : য়েস, লুপ্তবী' মচা মাগুম্বনা ঐতোন্দ চেলেঙ তৌরিবনে। ঐবু ইকাইথুম্নরগ মাপি ইজৎ হেজৎকনি, মরূপ মপাং সঙ্গ অকথ কংলবদি মপুন্সিঙ্গু য়াইকন লেঙরোইত্রাও ?

মরূপ : অশেংবনি, সঙ্গ কয়বদদ হুজিকালদি মী ওইব ঙম্বনে। ঐথোয়গ শিঙনবঙ্গুনদি

লমও : কুমসি ভাতোন অভেকপগি ভাবেল চাব কংজরোই সিদনি মিষ্টর কৈবেন, য়াওমচা নঙগি মুমিং শুমবনি খঙু ঙ। মংগুকথম মাংখিবদি লৌবুক্তগি থবোই অহাব অম কায়খিবগুম্বনি।

মরূপ : মচন মুপীঙ্গু লৈরমত্রবদি মাগুমবু ঐথোয়ন মশক খঙ- বিবগি মথৌ লৈপোৎ নত্তে।

নোংলৈ: ইবুংঙো বাবুশিংবু ইয়াম্ব বা অমগুদি য়ায়জগে. য়াদি বায়োম্নুকো ?

মরূপ : কৰিনো অহল ?

নো'লৈ : ক্বাথৈদেন হায়রম্বঙ্গুম গৌড়শিং থোংনাংথোং য়োঙ্গে থো- থো হায়জ্ঞন থৌজবে, হুজিক্ল খড়ি হেন্দোকলে· ঐবু লৈজ- হৌব য়াত্রিবাও ?

লম: অঙ্গুম চৎলু অহল, ঐথোয়ন লেপ্লো হায়বগ Driver নঙ লেপ্তৌবনি। নঙগি শেল মত্তিকচান পীবগ লোইরে

কৈনো ? ঐখোয়বু ইঙ্গৎ লৈতব মী যানব্রাও ?

মোংলৈঃ মুংদাংসি কম থেংনে' মী অতৈদি চৎপ কিনদুন অহিংদ রিকশা থৌনব্রে হুদিক। ঐদি লৈমন্দদুন ইনাওশিংনম্ব চানবিনি হায়ব থাজদুন লাকপনি চঙাংগৈ য়ৌদোয়ে, লুপা ৫ দদি পীবিয়ম্মু ঐ লৈজহৌরগে ?

লমওকঃ অদুদি ঐখোয় খোঙন চৎকব্রাও ? মঙ লৈহৌরগে হায়রবদি শেল কংজয়োই অহল।

মোংলৈঃ কম্নিগিনো সাহেব ? ( কুমথবে )

লমওঃ ঙাংনশিব বা মঙন ঙাক্তবগি। ঐখোয়বু য়ৌনব থিল্লব-দম মঙগি থিল কংব য়াব্রাও ?

মোংঃ কৈশামপাংতৈ কাকৈখেল য়ৌয়ে। অদুদৈ খোংনাং খোং কাওব ঃ অমুক হায়। অদুদৈ ঘড়ি লম্পাক এয়া-ব্রোয়, চঙাংগৈ য়ৌশিন্নরে ইখোখোয়ন চৎখো হায়বি-মখৈ যম লৈবাকক ও চৎপ তাবিন্ন ঐখো ?

লমওঃ চৎপ তাবনি, লৈহৌগে হায়বগ শেল ফংব্রে,

মরূপঃ মী অতৈঙম্ব গুপ্তা ওইরবদি অয়াওব শেল কাওবা মূল-হৌরদৌবনি। অদুবু ঐখোয়দি ইঙ্গৎলৈব নিপানি, মদু তৌবিয়োই। নম্বাইবক কয়বনি থম নয়ুংদ হঙ্গংগ্রে।।

নোংঃ ইনাওশা ধর্ম্ম নম্বব তৌগু, লুপা ৫ গিদমক ইচিম্নাও ঐখোয় থংনব কত্তে।

লমওঃ পীয়োই হায়রিবসিনি, মঙ কৈদৌগে হায়রিনো।

মোংঃ অহলনি হায়দুন উশিংত্রিব্রাও ? শেল থমদুদি লাযবু

লায়রি, উশিত্তব রাঙাংত্তুদি চহি যাম্মবক্তা থাংব রাই।
ঐখোঘবু পুন্সিদ মীন ভুংংপিত্তুনদ লৈরক্রাও?

মরূপঃ অহল ওইব হায়সি পাজল হন্নরবনে, নহা অকনবদ
শীঙলু চীশক্লক মাইথীব থাং লৈখো। হয়েং অহলন
শিরবকান্ব কনামত্তন মাইথীব পীব ঙম্মোই। মতমত্তুদ
অহলপি জয়।

নোংঃ (রিকশোটৈদ নত্রপ খ্বাংদৈ চেইনগুম শংতোক): নিংথিন
হায়বদ য়াড্রবনিন ঐদি 'ময়নি হৈ। (খং খং হ'ই)
(মরূপন চেক্লি, তাম্নরগ লাওই ল ওক্ল থাং শংলি।)
লৈকাই লৈকাইশা! ভাকুম শেল মুন্নে। ভাকু গুণা।
ক'সে কনা কনানো খয় খোয়কও।

লমওঃ অহল মঙ নখয়াই মাংনী'ত্রাও? (চেইন হায়বদ চংব ঙবদে)

মোঃ নহা নঙদি মাংনীংত্রাও?
(লাপ্পদৈ ন'ওরকই কৈরেম্ন চৈ অম পায়ম্নগ লাক)

কৈরেঃ কনা কনানো ঙাওশিনৈ হায়বনো? কৈরেনপি লৈকাইদ
লম হেল্লমিববু করম করম শত্তুংনো? লমহূইনো?
নখয়াই মাংনি'ত্রবদি মীতোন্দ শেল মুগুন্নু, পোং লাকন্নু।

লমওঃ ভাই ভাইখো, লাক্লে হৈ। (লোম্নপ)

মোংঃ ভাকুসি থাঙ পায়রি, চেক্ষশিল্লু পাথঙ। মিকশো তোংলগ
শেন্দ পীয়ু য়াদব বদমাইস বাবু হায়ল্লুনি।

কৈঃ থাও থম্মু বন্ধু, মিকশা ভাগা থাঙন পীব হোনদে
নঙ ঐবু থঙত্রা কৈরেন হায়ল্লুনে।

লমও: কৈরেন হাংকে লাকপ লকওক্নি ঐন।

কৈ: থাঙ থম্মু অদুদি, থুংপেমবু মুদংনসি কাওথেক্লসি। অহল নঙ কুম্মৈ য়েংউ।

( অনীহু ওহাক থাঙ থাওবনু য়াওত্রবনু মুনৈ, থিমৈ নৈম্বে.........নোংমৈন অবদুনা মুং থারগ চেলহনখি— তারকপ থাঙ পায়রৈ লথওক্ন নম্মগ কৈরেম্ম বাব উবদ মথম লাক চিংথংথাওন থিল্লি মথুক্ত )

নোং: শিবদ মতিক চাবব নিপানি।

কৈ: খোংবান্দ থাদরবসি—( থর ইম্থোকলম্মি )

নোং: রিকশোদ কাখংলু নয়ুবদ থিনবিরমগে।

( চংথিম্মখি )

## (১৩)

কৈরেনগি য়ুমদ, অয়ুক পুং ৮ লোম তারে। চৌকিদ ফম মেজ মথক্ত চিঠীরা কখিনো হৌরি মিমুনা। লৈথাকলৈন চখোকউবদৈ য়ুমদ হুজিল্লকই।

লৈথাকলৈ: মুপা মচা, নবুংগু হুজিক ফাওব হৌগংত্রিবাও? থর হৌদোকপ য়াত্রাও?

মিমু: মচা মুপা খোংলেনদু হৌদোকউরগ চৈ চানত্রাও? হৌদোক: চোদনা কখিনো।

লৈ: নিপা মচা কৈরেন, কৈদোরে হৌগংলে নহে, ফন খোংলে শন য়াইরগ হিঙ্গোলসি কাবক কাবক খোইদোক্লবদি হঙ্গাম হরাইবতোন তাংলব কানাসদ কান্নবোইত্রাও?

মিমু: ঙরাং খেংব হন্নকপনি হৌদোকউখিমু ইমা।

লৈ: ঙরাং থারমান ছুরাইদা অবিংদা ৺ৎনত্রা করিনো লাং-খোংদ পাখঙ অচৌব অম থাঙন থিন্নম্বু। করিনো তিংথুন লৈহৌই হায়নৈ। থানাকা কুমকুন মী য়াম তিলহৌরে হায়। করিনো হুজিকান অসি মী হাৎনবগি ৺ন্নেংব লাইত্রে। মীদদি হোংলে।

মিমু: ভাইবং মীমু য়াম কত্তব হেঙ্গংলে হায়নৈ লান মতুংদগি! লাম মী হাৎনহনব, মু'শিনহন্দব অচা খবকমু তাংহনব ওইব তায়। শিরিবচু ঋরি লমদৈ মীনি হায়নে?

লৈ: ইন্ফাল লোমদৈ মীনি, গুওা অকাওবনিমু হায়নৈ। ওসিদৈ চাক তিংলরোই মাগি।

মিমু: থানাগি পুলিস মন্নাম তিন্নমমনি। শম শিরগ লংজা মন্নাম ইনবগুম।

লৈবা: পুলিস হায়সি মুংশিত্রব কৎথিত্রবজাৎমু য়াম য়াওই। তৌববুদি মীকা মীপুম আইমু পীব মথৌম্ভু পাংব ঙম্নব হোৎনন্নকপদ মিমুংশি খঙঙ্ব য়াদব ওইরম্নি। অম্ভুগ ঐখোয়দ হেক হেক লাকপ থানা মচা অছুদি মমুক তপত্রে ইংত্রে।

মিমু: মছুই হৌদোং মচা অছুদি উচীমচা অম কাওব কাব ঙম্নি থাজদে।

লৈবা: ঐদি কন মুংশিজৈ মবুকচেলছু ইশেং শেংলছন।

মিমু: মুংশিনি ইমকি কেনাৎ পীরম্বনিন। ঐদি মুংশিদে

শাল ইন্নফিদি থম্মো একাগ'ড়ী অনেব মুপীবচান তোংব মাবদু অমত্তম্ন লৈরকউদনা মীঙোন্দগি মুবব শেন ময়াম থুন।

লৈবা: নঙগী কন লৈরকপ তাযনে?

মিমু: ফজদে হায়দুন তুবিন লৈশিন্নবনি. মান লৈরকপদু ঐদি অমত্ত পামদে। মীকা মীপুন মাওবগি, আন্দোলনদ মুপী মহাদ চৈন কনবগি পুলিশ অসিদি মুং মাম চাপল্লি, লৈবাক্ন মথোববু মুংশিদে, মথৌ তৌজবিবনি থঙবিদে, ঐদি পুলিশকি থবকসি তঞ্জে।

লৈবা: মান নুং চারুন্নগ লৈরকপ ঙা নঙন চাবকাওব তনত্র ও?

মিমু: নু' মরৈক্ত, নোংবৈন কাপ্প ঙ চানী'দে তুকচৈ।

লৈবা: অদুদা থঙদে নঙ পুলিশ এস আইদুদ থাজবদৌবনি।

মিমু: ঐন পামদব নিপাদুদ ইমাথোয়ন অদুক থবাই তাবিরু-মিছুব হিংচাবদুগি মমুমদ ঐন ফিত্রি' ফিত্রিং চোং কপ লাওন থাংবদ ইমা কল্পক পেনগেরাও?

লৈবা: ঙাইথো, মুপী মচা নঙবু চাক থোংদোকউরো, ঙসিদি ঐ থুল্লং চৎলুগে লৌবুক্ত কুম্মগা। কনাদ পীনব চিঠিনো নঙন ইরিবদুবো লাইরিক হৈবি?

মিমু: হৌদোং মচাদুদ পীনবনিদ।

লৈবা: পামদে হায়বদায় নঙবো?

মিমু: পামদবৈ বায়োল থঙহনথিবনেঃ নহাল পীয়ম্বা থোওদুপ অমদি কুরিং অদু পামজাদ ঐদি কনানো অমদ

পীথোকজখো। ঙসি লৌরো লাও।

লৈবাঃ মীন শক সুংশিয়োইদব য়াকুগুম্বা ভাংব তথগমুনহৈ ( ইমুংলা চংখি ) নিপামচা ? কৈরেব হৌগংলো সুবিং-সি অা ঙৌরেনহৈ। ( চংখিব )

( পোষাক শেৎলগ নোংমৈ পায়ব কনষ্টেবল অোম অমদি অতোপ্প কনষ্টেবল হাতকেড়া পায়ব অমগ লোইনন এস অাই চিত্রসেন কুল হউনিকোম শেৎ, পিস্তোল য়াম লাকই। বিমুন পরপ পরপ চংসিন )

বিমুঃ ইশান য়াই য়াদে ইব্রা হুংদন, পুলিশ শাহেবনিকা হাংচুন কনষ্টেবল অর পুরগ ঐবু হেক্ত ফ রগে হায়দুন লাকপিরিব ওইরবাও ? হাতকোডাসু ?

চিত্রঃ নচচখে ইবেম্মা, ঐন ঙসি লাকইবসি সু ছাইত্রব সিপাইখো অব পাংগে লাকইবনি ইম্মা লৈত্রাও ?

বিমুঃ লৈ, ইমাও, কেনাৎ লাকয়ে, অমুক্ত থোকপিরকও।

চিত্রঃ তাচৌদি লৈত্রাও ?

বিমুঃ লৈ তুম্মি, ঙয়াং থেংন হল্লকই।

চিত্রঃ খেৎন চৈনব য়াওরুইকা হায়ব তাত্র ও ? কিয়ে ল .লগাইব চুবা হকচাংদ দাপ লৈব উত্রাও ?

বিমুঃ অঙুদি থঙদে, উইরুম উংরুম থোঙ হাংদোক্লগ ঐ তুংখি !

লৈব'কলৈ থোরকই।

লৈমাঃ ইবুংঙো, ঙসিদি করিনো পোষাকও করিও, করম

মশাগি লেংমকপনো ? মুপীমচা কিদা থাও। (এম আইব কম্মি অমীন লেপ্‌ লৈ )

চিত্রঃ য়াজয়ে ইমা, ওসিদি ঐ মশাগি লাকচব নত্তে। তৌজরুব থবকসিন য়াম্‌দুন থারব থৌদাং অম পাংজগে লাকপনি। য়ারৌবিব য়াদেকো !

লৈমাঃ কম্মি শাওরুদগে নখৌ তৌবমখো। কম্মিনো হেক্ত হায়রো ?

চিত্রঃ ওয়াং মুংদাং থারম্লন মনাক্ত, চংডাংবৈগে য়োকাল্লিবৈও পাখঙ অম শি লৈংস্মে। ঐহাক থেংব চংচক্লই। লৈনবদগি শিব য়াল্লি, থাওন খিল্লব, ইপু য়াম্ব তায়ম্মি। তৌবগিদি শিন্নিব নিপাঙ্গু থব শুণ্ডানি, খ্বাইব থওনব অমস্তুং মুংশিনগব। শিন্নিব নিপ ছুই মরুপ অম মাগ চং-শিন্নবন্‌দুন হাংলিব নিপাসি ঐখোয় তাচৌ লৈরেন মন্ত্রগ রিকশো থৌব মশক থওনব অমন ওইরব য়াই হায়ন পাওউ পীরে। নিপাঙ্গু ও য়াগি থংনবদ লৈনব তারে হায়দুন চেক্লকপনি, হাংনব চপ চাবদি উরক্তে হায়। শিন্নিব নিপাসিগি মথা নপান তাচৌ লৈরেনবু কাবিয়ু হায়রি।

বিমুঃ নিপাঙ্গুন মরীংমর তাচৌন হাংলি হায়ব উংৌৌবসু নত্তে হাংলবদবসু য়াই। মান হাংলগগ চেনবিসু য়াই।

চিত্রঃ ছুম্মি, তশেংব থওঙ্গি, থিগংনবদ তায়রি। শাক্ষী মতিক চাব থৌরজ্‌বনিন। তাচৌন হাংপনি, মন্ত্রগ রিকশোন

ওইব যাই মতেম্ন অমনম্ন।

লৈম: ইবুংঙোব চহিক পাথিরিবন নত্ত তাগৈবু মারগ পুথৎ-পনিনে থানাম।

চিত্র: থানাম চৎলুগদবনি হোয়! ঐ কয়িম্ন তোংনজরোই, শাক্সী লৈহৌব মত্তে মশেংব উহৌব. মরম মতুন কেশ আসিদগি নাম্ভোকপ ইরাই লাই।

মিমু: মত্তে হায়তুন থাদোক্রমদি যাত্রা?

চিত্র: মায়কত্ত হায়তুন হকুম পীরকপম লোৎতুন লৈথোকপবুদি কাক্সমগ কেশত মযাম লৈত্তে হায়তুন থাদোরকপন হেম্ন তুংদ মগনি। যাম্নিবথৈ ঐন মমম শেম্মগ, ত চৌদ কয়িমত্ত শোক্তনব, তোপে হায়রিবসিনি।

লৈবা: নিপামচা নত্তবু অমুক্ত হৌগৎলকও, ভমত্রবাও?

কৈয়ে: ( থোরকই, মকিম ঈ থর কৈতব উই ) কয়িনো ঐবু থিব লাকপ্রা ইবুংঙো? ঐদি ভসিদি যা.হৌ থেংবন কয়িশো, ভয়াংনুংদা তু ঐ লমশা মম কাম যাওরুবে, তো—য়েংউ ঈয়া কয়িনো থর কৈতরিবসে। ( চিত্রন চেদ ই )
লমওক হায়ব গুণ্ডাতুনি, মহ.ক্লি লম্বীদ ঐথোব গ্রপীবচাদ নোংম লক্সমম থেংনতুন ঐগ মুনথিব। ইমানী শীংনতুন লৈমকইর্বাম। ভয়াংদি মহাক পুং ৯ গি তুম্বাইদ চত্তাংগৈ মনাক্ত রিকপা থৌব নিপা অমগি ভাম্ন লুপ ৫ পীদতুন থংম্নরে, মথুৎতা থাঙ অম প্যাযরতুন। রিকপো থৌব অহম্নু মমীলকৈ মান চেন অম পাম্ন থর মুরমজাংনি,

ঙুত্তাপি মরূপ অমন চেনখ্রে ঐন লাওব কান্দ। কৈরেনগি এলাকা মপুংদ কনা কনাদো ঙাওশিন্নব হায়দুন ঐন লাওই, অহনবুন শেন লাকখ্রে, ভাকু কাসে ফুসে লাওব তাম্নগনি।

চিত্র: অদুদৈদি?

কৈরে: ঐনি হায়ব থঙলব কান্দ লমওকসি মচি কোংলগ ঐখোন্দ ঙম চোংশিন্নক্লে, ইমানী ঙহাক্তংলাক্লরে মথুংদৈ থাং কম্থুক্লে নমনবু সত্য মশাদি কক্লে লমওক্তো।

চিত্র: থংনবদু কনা কনা উই।

কৈ: রিকশা থৌবদু উথি থাওদু মান খুঙ্গংলি। অকোঁপ্প নিপা লমহৌদুন নকশিল্লকপদ ওইরমাসে রিকশাস নুংঙুম্ম থাখিবদু অমদু অদুম চেনখ্রে ইমানী নম্বদ মহাক্ক মথক থংলব কান্দ রিকশা থাও পায়রিব ঙ'বোকসিন মশাম লাক লোংন চিংথুমগ থাগুন কাবক কাবক থিল্লে। ঐনস্থ হৌগংলগ থোঙন থর কাওশিন্নে। মহাক অদুদ লাবনে। ঙশিং থোম্নাংলঙবয় থঙদে হায়দুন ধর্ম্মগি থিংদ থোংবান্দ থাদবিরম্মে ইমানাচং।

চিত্র: য়াম্ন ফবে, শিরিব মপোন্দ লোয়ন মরাল নাইসিনব য়ানি। ভাচৌন হাংপ মত্তে, থাম্নদোক পনি, রিকশা ভাম্না পীদবগি থংনবদ রিকশান মথথাই ফিংমব থৈনবদ থাঙন শোক শিরমি হায়ন পিথংপ য়ানি। করিংত দুখশা থিবিসু ইমাম্ন মেমস্থ, ভাচৌবু করিমত শোকহল্লোই!

কৈ: হুজিক্ক কয়দৌসি হায়বা?

চিত্রঃ থানাদ ওহাক্তং লেংলসি, ঐ করিম্নু শোক্তনব তৌজগে ঙাচৌ।

কৈঃ করে, চৎসি লাকও। ( চৎথিমখি ) ( ময়া মচন কপহৌই

লৈঃ ওস্থোকপ লাইবকনিদা ওস্থোকপ দশানিদা। ও, ইবাই ইবুংঙো, কনা লৈজদবা।

থিম্নুঃ ও ত চৌ, চাকম্নু চাথিদে করবে। লাইবক থীবি ঐগি ইশুংলাংদগী থৎনবন্দ ঙাগ্রবনিদো। ঐদি ব থোক-চাউবীদ ভারে। থানাগি থাবুগ থঙন চামক্রবে হয়াওবদি ইবুং কাব থু ঙাইনববু ঙারেনে। (ভেংথান কম্লি) মাংজবে ঐদি।

লৈবাঃ ও ইবুংঙো নত্তোবদ ঙাবব কন্থিজাউ, নঙন দশা ঙারব ক.ম নপা লৈতব নঙগি নতুং কনান হনজিদগে ভেংশাক। হয়াদি জ্ঞান মাংলে থাপোম্নবা শেল লৈজদৎ ঐখোয়াগ মীচৎবু কনা লৈদগে মঙথসিদ। ( ভেংথাক্লুন কপ্প )

চিত্রঃ ( থয় ঙপলপ চৎলক্লগ ): হবেম্মন্নু হযাম্নু থমুক্ত হংন লৈবলৌ, কালীথাইন চাশিগে ঙাগৌবু পোক্তনব ঐ কেশতু শেবদেংকে করিবত্ত চিংনবিনো। লৈকাইন ভারগ কত্তে তুথিম্ন লৈাবয়ো ঐন থানা থন্নিবসি হয়া, লৈবাকি আইনবু মুংশিক্লুন, অচুম্ব থিনব থনব নক্তেবে, তোলোব পাম্বগি, কম চাউলীংবগি, থিম্নু মচা নঙবু মুংশিবগি থনথনে। নক্রবদবু থোপক্লুক কায়পনব থবকসি ঐন তৌগক্রা ? ( চেক্লগ চৎথি ) ( ময়া মচা থেং লৈখোই )

লৈঃ হন্নকি কেশসিদ নও তাচৌবু শোকহন্দ্রবদি মুপীমচা নও নিপাসিদ লৈব তায়। মাইগা মায়োই।

মিঃ ঐদি কেশ লোইববু ঙাইনীংত্রে ঙসিরা হয়েংলা মখোয়দ চাকখোংলুনব চৎনীংলে। নত্তে, শকমাবু পাম্বগি মা নত্তে, তাচৌ শোকহনীংদবেনে।

লৈঃ মখোয় ইমুংদু চাক খোংবিনিংঙাই লৈত্রাও?

মিঃ লৈতে, মমা হমুখীদু নত্তনা।

লৈঃ নওদি, পাউদি মায় খোমজিল্লিবোইরে?

মিঃ মশক মুংশিদনুন থিগৎপা।

## (১৪)

অমুক পুং ১১॥ দা, কৈশামপাংথোক্ত লাম্হৌক্লগ নোংলৈ রিকশাদ কম উখোক্ত অমদ চিত্তা তৌ লৈ। থোঙ লাম্লগ কনস্টেবল অমগ রিকশা তোংবিন্ন কৈরেন লাকই, মকোক মরু ইকা কা, মখুৎত হাতকোড়া চন। মনাক্ত সাইকল তোংব এস, আই চিত্রসেন অমদি কোনষ্টেবল নোংমৈ পায়বগ লোইনমকই। লাপ্লপ উই নোংলৈন মুন্ন মখুৎথন য়েংলপ ঙরাং অহিংগি মাথোক্ত, ওইব তায়ে থল্লি, মচাবু হাতকোড়া চন পুরুকপদু উবদ থাম্মি।

নোংঃ অমুক্ত ঙাইবিখো পুলিস সাহেব। ঐ মা অমগু হঙ্গৎ-চখিগে।

চিত্রঃ করিনো হায়মু খুড়া?

নোংঃ হুজিক পাখঙসিবু কাদুন পুখিব্রিবসি ঙরাংঅহিং চৎঙাংগৈদ পাখঙ অম শিরম্মে হায়বত্তুগি মমীদৈ কাবিরকইব ওইরত্রা?

চিত্র : য়াদি, খুড়াবু চয়াং অহিং চত্তাংগৈদ রিকশা থৌবিত্রা ?
হাৎনগুরাখবদ্রুই ময়মদ করি থত্তবিবগে ?

নোং রিকশা থৌবদু ঐনি, শিখিব পাখঙ্গুগ অতোম্ব গুণ্ডা অমগন ঐবু শমদুন অহিংদ রিকশো থৌহল্লগ লুপা ৫ দং পীদু হায়ব য়াদদুন থৎনবদৈ শিখিবনি। শিখিব নিপা-দুগ ঐগ ফুনবমি ঐন লাওবদ ইবুংঙোসিন খাম্মবনি। মান ঐঙোন্দ থিরকপা থাংমচাদু মখুদাংদ ঙাকপদ থাঙদু লৈবা-কন্তা ভার, মান ঐবু থৌরীমেৎলগ হাৎকে ঙৌই ইবুংঙো-সিন খাবদোকপদ থাঙদু ঐন ফংই। ইথরাই মাংদো শরুক মাবু হাৎপন চুম্মি থজদুনা ঐন খাঙন থিজৈ। ইবুংঙোসিদি খাম্বদ বেরা ঙৌবগি কিম্ন থিলব থোংপাক্স কাওব লাক্স ফানৎ থরদি য়াওরবস্থ মাবু হাৎপ থবেংবদি ঐনি, ইবুংঙোম্নি নত্তে, মাবু খাদোকপিয়ু। সাক্ষী ওইন ইবুংঙোসিগি জবান লৌবিগেদি লৌবিয়ু. মাবু ফাবদি য়ুকচুব চুমদে।

চিত্রঃ অহনসিন হায়রিবসি চুমত্রা দাদাবু ?

কৈরেঃ চুম্মি, ঐম্ন থব যুবদি য়াওক্সরে ডাকুহবু হেক থুৎমাবদি খুড়াসিননি। য়াম্ন কনব ডাকুদুন অহনসিবু হাৎকে হায়-দুন থৌরিদ মেৎলবক্কান্দ মনাক্ত তাব থাঙদু ঐন লাখ কংহনবনি। মত্তেং থব পাংখৈইদি হায়ব য়াই ঐগ্ন।

চিত্রঃ অহুদি য়াম্ব ফরে, ( থম্ন ইথিম্নরে—স হি লৌরে অনীবকি ) খুড়াবু ফায়প দাদা কৈয়েনসিবু খাদোকপ ভায়েদে ?

মোং: মখুন অচুম্বনি পুলিশ সাহেব, মরাল লৈজদব পাণ্ড অমবু ঐ চেমজনীংদে। কৈরেন থাদোক, নোংলৈবু হাতকোড়া চল্লগ পুখ্রে। কৈরেন শক্ল য়েংহৌই

কৈরে: (শোন্দুম): নিপাসিবু কনানোনে?

চিত্র: ( নোংলৈ পুরগ ): খুড়াবু করি মিং কৌবগে?

নোং: রিকশা থৌব অহল অম, কাছাড়ুগি থিনা: কান্মিদৈ হায়শিল্ল—বাবাহন কৌই হায়খিরবনু, অশেংব মিংদি বিচার পুরিস্ত ঐ তাকচগে ( পুরগ চৎখ্রে )

কৈরেন্ন ময়ুথদ হন্নকপদ হাথু হাথু লাকপ ধর্ম্মশিংগ থেংনৈ।

ধর্ম্ম: হৈমা! ঐদি ইবুংঙো নঙবু থানান ফাবগ পুথি, ওরাং চঙাইঙ্গদ থোকপ ঘটনা অমগি হায়দুন নমান অম্পুবৈদ তাম্নবকইবনি। নঙন হন্নকইবসি করম তৌরবগে?

কৈরে: থানান ঐবু কাচুন কৈশাম্পাৎ থোঙ বাংমফাওবা পুরব- দৈ ওরাং অঘিং থংন কৈনব য়াওব রিকশা ড্রাইভর অহল অচু লৈরমে। মানি ঐবু থাদোকউ মহাক্র ডাকুচুবু হাৎপনি মাবু ফাও থানাদ পুরো হায়চুম চৎখ্রে। ঐ গুকপন থেংলে।

ধর্ম্ম: নিপাচু মীওই কমদৌই, মমিংদি করি?

কৈ: মমিং গুণদে: মশা পান মরেপন ওস্মি. চহিদি পাবুংখোম লেংগা ওইগনা? ওরাং অহিং ডাকুচুগ থংনবচু ঐগ নম্নবকান্ম মান মথক থংনিদৈ অহলচুন মশম সাক

চিংখোক্লগ থাংন খিনবনে, ঐগী ফুব য়াওশিন্দুনা ইমান্মী চং হাংপনি, অহুগ মহাক্ত ওসি ঐ য়াওদে মান হাংপনি হাংডুনা ঐবু অমুক থানাগি মথুংতৈতে কনবিরম্মি। নিগাঞ্চ কনাবো খঙদে।

ধর্ম্ম: কৈ ঐ থানাদ চংলগ নিপ'চ মশক মমিং খঙলুগে। ভাইখো, আই, ও চুদি করি মমিং কৌই খঙলাকপ্রা?

কৈ: আই, ও চু মমিং—চিত্রসেন হায়রা এস আইনি,। ঐগী থানাদ লাকে পাবুং?

ধর্ম্ম য়ুমদ হল্লো নঙ, ইমাখোয় মুংশা থীহৌই। ঐ মরোল পূম্নমক লোইন খঙলকে। নিপচ্চবু কনা ওইরিদগে? মথা পাব, মরেপ্প ওম্ব। বা ভাংনদন তোঙান তোঙান চংনখি।

১৫

নোংলৈবু থানাব ফাখিব চুমিত্তুগি সন্ধ্যাদ, থাংমৈ লালটেন থাঙ্গৎলগ মিন্নু-মচা লাইরিক ইরি, ঔরাইরি মমাব য়েঙ্গাং শেম্মি।

লৈব': লাইমিক্তি ঔরাইদন চিঠি ইচুন লৈরব্রা মুপীমচা?

মিন্নু: কনাদ চিঠি ইরুপবনো ঐখোয় ইমাসি তনগ্রে সত্য।

লৈ: মীপি মপান তাংদন হিংগে হায়রবদি নথরাই য়াওন নহৈ তম্মো, মহৈ হৈরগ শেল থোক্লবা। মুপীন নিপাদ চিঠিকা পীচুন হৌব হৌনদে, মীন উশিংলোই।

মিন্নু: অচুক চোপ্প মুপী নত্তে ইমা, নচাদি।

লৈ: মহাক নোংমা পুলিশ এস, আই অমম ঐখোয়দ হৈজিং-
পোৎ থিল্লক্লম্বদু নঙন চিঠি থাবগ যার্তে.ন তৌরুব নত্রাও ?

মি: কদাইদৈদনোদা ইথা।

লৈ: শক ইথঙ খঙনদনবু অচুক হক্লোইদমা ?

মিনু: মতম্ব খোনা পীরকমানে খল্লি। মাগ ঐগ নোংমদি
শাইরিক তম্ব কাবদ খেংনত্রুন শক্তি হায়কেৎ খঙনাথকো
নচীন্থী হায়নি। মান পোৎচৈ ময়াম লৈয়গ পুরকইবদু
ঙকপ জাৎনি ঐস্থ, নত্তে শক নিংথিন খঙনাদ্রিবনে।

লৈ: ফরে, নমাইবরু তম্ব হায়দুনি, মঙ্গোল্ল লৈরে।।

মিনু: লৈবাদ ঙম্মোই তল্লি।

লৈ: মীগি মপোৎ মরল মাংহনবদি তন্দবা ? কৈদৌন তল্লি-
বনো ?

মিনু: লিপাদো পংঙে, অয়েম্বদ খরচ চাউই। মচীনম্ব থী,
মান হায়রম্বদু ওইদব য়ানি।

লৈ: মান কয়ি ওইদব হায়রম্বগে ?

মিনু: মথাক্ল থানা খল্লিবদু লৈগাক্কি আইন ঙাক্লব নত্তে, তোলোব
চায়গ ঐগি পোৎচৈ লৈমথানি হায়রম্মি, মদু মচীন্থীব য়ানি।

লৈ: কয়িগি মচিন্থী হাঙ্গরিবা ?

মিনু: মহাক এস, আই নত্রাও ? চহি ৫/ ০ সর্ভিস তৌরগ
কারকইবনে। ঐগ মাগ লম্বীদ উনবাদ ঙয়াংদ ঙায়রি,
ঐগি ইপোৎ লৈনব সার্ভিস তৌখিবনি হায়রম্বদুদি মচি-
ন্থীব য়া নত্রাও ?

লৈবা: প্রমানগি বানি, সুপী অঙাং নওশুম থারুব তোলোব চারুবনি হায়ববু করিগি লান্দগে।

বিমু: অদুই মথক্তা হুজিক কালসি পুলিশ পুন্সিগন্দে হায়বৈ, তনি।

লৈ: মী পুম্নমক শিদোৗব ঙাক্নি, মথৌ পাংখদ শিরিবশিংদু শর্গ কারনি।

(কৈরেম্ন থাং থং গোবতী চংলকই, মপুরোইব-থিব ওইন-)

কৈ: ইমাশি ঐবুদি লম্বীদৈ থাদোকপিরম্মে, রিকশা থৌব অহল ঙরাং অদিং থংনব য়াওবদুন, মান মথবাই কম্নব ভাকুমবু হাৎপনি ঐন নত্তে, ঐবু থাদোকপিরম্মু হায়রে। নিপাদ্ধ কনানো থঙদে' ঙক্কুন য়ুমদ হল্লকপ কাস্ক, পাবু'ন তকিং তকিং থিরবদ থেংনরে। ঐন নিপাচুই পাঙ্ক তম্ব ভাবদ নিপাদ্ধ কনানো থঙনী'ডুন থানাদ চংথি। থঙদে হুজিক সুমিৎ ভারবকাওব হল্লকুবসি

গো: হোয়নে অমুক চংথিবদুন সুমিৎভারবকাও হল্লকুবদুদ সোমদকা কোইথোকপ্রা নঙগি থাথোক্কুন কৈদোবদৈদশো হংব লাক্কইবনে।

কৈ: ইমা, ইমাশি লেংলক্লে। সুপী-মচা নঙ হোগংলো ইমাশিগি চা থম্ব লোল্লু।

লৈ: লেংশিনবিরকসি সনা ইবেম্মা।

মিনু: চৌকিদ লেংশিনবিনু ইমাশি। পাবুংবু থানাদ লেংখিবদু হল্লক্তি বোইরে।

গো: হল্লক্তি, নুপীমচা চাক্কা নিংথিন চাখিপোৎ নত্তে, পাউ বেক ভাবদ চাক চাব হৌগৎপদৈ থুৎ হান্সগ চৎখ্রিবনে। ঙাইথো নিপামচা নখোয়না অহিংদ খৎনরুবদুবু করি বাথে কৈজেনো? অমুক্ত তম্মো।

কৈরে: নিকশো থৌ অহলদুন ভায়া নুপা ৫ পীদবগি ডাকু অনৌখক খৎনরম্মে অহলদুন ডাকু হূরানব কাসে হায়দুন লাওরকলে। মদু ভাবদ ঐন কৈরেন থৌয় লৈকাইদা লাকপ মুনব লমহূই শুদুং কনানো হায়দুন লাওয়গ থামগে চংশিনবদ নিপা ডাকু অমদু চেনখ্রে, অমদুন ঐগ হায় য়েংথৌনখিব লমওক হায়ব গুণ্ডা ওইরম্মে। শকন্ট্রিনবদ ইমানী ক্রম ক্রন চোংসিন্নরগ ফুনরে নম্নরে, মথুৎত থাং অমস্ত পায়রম্মি। মথুদা দু কঙ্খদ থাঙদু লৈবাক্ত ভাখ্রে ইমানী লাম লাম ফুনরম্বদৈ নম্নরে, মান অমুক মথক থং, ঐন অমুক থং, মান মথক থংব কন্দুদ মশম লারুগ অহল কুম্নে য়েংলম্নদুন লোংম চিংথখ্রে, ভারিব থাংদু থল্লগ মখোরি য়েৎলম্ন নিপাদুদ চক, ঐন হৌগৎলগ চোংশিনবদ অদুম লেকথরম্মে।

গো: হুভিকালসিদি অথান্ন মী য়াম্ন শিনরে হায়ব ভায়েকো নিপামচা পাক পাক থক থাম্মু।

কৈ: মতু শোনববু অকনবন লম্বীদ লমজাউদ কৈন সন লাক-পণ্ডম ল ক্লব কান্দ উন উন খাবদম লৈখোকপ কৈরে-মাস ধর্ম্ম নস্তে ইমাসি।

গো: খাম্মবম্ থম চেকশিন শোক্তনব য়েংউ হায়বনি।

কৈ: নহান মোংমম্ ঐখোয় সুপীমচাদ ড কুহুন লম্বীদ লরু-ব্রস্মে, ঐগ খেংনডুন ফ্দংগ্রবনে। মদুদৈ ইমানী শীং-নদ্ধন লৈরিবনে।

লম্বীদ অয়ামব থবক তৌরম্ব নিপাদুবু মীযাম অউবম বা বা লাও খামদোক্তেবদি খানা নংদবনিম ময়াইবক খীব অশোমব কয়া মথয়াই মাংনি ইমাশি।

লৈব: ঐখোয় ইমুং মুংঙাইবসিম্ মীৎয়েং তাবিয়ু সনা ইবেম্মা, কুংনাক্ত মৈ তিল্লপা কান্নুসিদো?

গে: কৈকে কৈদৌবগে।

(ইমু'দ লোইনমক চংবি, থাংমৈ লালটেম থালম্মি। কোম্বাংদৈ ধর্ম্ম'নিং অমদি মোংদৈ বারী শাদুন চংলকই। মোংদৈ মকোক্ত কম্ফোটিগুম্ব ১ য়েৎসিন, মমীৎতা গোগলশ অম উপ, মথুং ওগনাফি ময়োম অম পায় নন্ত্রগ শেগ্রাক্ত য়েপ কোইম কোইন ময়ুম হিক্কোলম্ন য়েংলগ চংলকই।)

ধর্ম্ম: কৈ, অঙাংশা। নখোয়বু ইমুংদ লোইম লৈরবাও? লাও খোয়কউ নহৈ, চা গ্লাস অনীথক্তদি পুবকউ হৈ।